# লোইজিং লোইয়া শৈরেংলে



থোইদেম প্রমোদিনী

# লোইঁজীং লোইঁয়া শৈরেংলৈ

থাইদেম প্রমোদিনী

ৱারী লীবিথিবা
ওজাশিংগী মফমদা
নোল্লুকচরি

# য়াওরি

# লোইজীং লোইয়া শৈরেংলৈ

—0—

## মেলৈ লৈস্না নোংজুম্পান

নোংমা কোরৌ অমদা
হৈরেম নিংথৌ শোরাবা
লাংলেন মনোম নেশুরেন
লাকলেন ঙম্বী হেনজরকপী
তলানা ঙনবা পামেলনা রাংবা
উতোল লোম্না শাংলিবী
শিঙেল চরোং অচূম্বী
লৈরাং লৈচু অহেনবী
নুজা মিংয়েং শানখৈরুরে
চংঙু মাগী নোংদমখোন
নুরানা পানবদা থেংখরে
লৈরাং মাবু হেকনীংলে
শিঙেল মাবু চিন্নীংলে
নুজা লৈফম খঙদরে।

তলানা ঙনবগা পামেলনা ঋাংবগা
লৈরাং মাবু হেকঙমদরে
নুজা পান্নে থিরকলে।
পামেল উকা হৈবা নেকউরে
তম্বা কনা হেকঙমদরে
মশাবী মরুম্বা নেকউরে
মথংলেন মাম্হ ঙমদরে
নুজা তৌফম খঙদরে।
অপান মৈনা কনখিবনা
মোনু নুজা ওইবীদো
শরী পন্দোন লোমখরে
লৈরাং মাবু হেকঙম্বা
তম্বা পাঙ্গনবা কনানো
নুজা থরায় কৎলগে
পুন্সী লৈপুল শেম্মগে
লৈপুল খয়োম য়োম্মগে।
তম্বা কনা থোরক্কে
শানৌ নীংবা কায়খরে
লৈরাং মাবুদি হেকনীংঙি
শিঙেল মাবুদি চিন্নীংঙি
নুজা নাপ্পা থম্নমক্কবু।
চীংঙুবা মাগী নোংদমখোন
নুজা মপোক পিখমনৌ
থোইয়ুম নোংদম তমখিবনা
অকাউ পরৈ চনখরে
অচুম অরান থিহৌদে

মতু নিংথৌ খোম্বা নহা
খাবা খুৎচুম্বা লাঙোনচা
তেলহৈববু থৌনেকউরে
শিঙেল মাবু হেক্লবা।
মতু নিংথৌ নহা খুৎচুম্বা
তেনগী তেঙ্গা খোংখরে
শিঙেল মাবু তমংখরে
পাল্লুরে লৈরাংগী লৈখোক্তা
লৈরাং মপোপ কায়দা
মালেম লৈদা তারক্লে।
কয়াগী মতীক ফজবা
কয়াগী মতীক নীংথিবা
কয়াগী মতীক পূক্নীং হুবা
লৈরাং লৈচুনা সনা অহীংবা
চরোংনা জুম জুম
শিঙেল মাবু য়েংবদি
কনাগী মিৎফম হোংদেদো।
খৌরাংনা ঙাইজবা লৈরাং
মাঙদা তার' শিঙেল
লৈরাং মাবু খুনঙমদে
শিঙেল মাবু চিনঙমদে
লাকলেন ঙম্বী মুজাদো।
লৈরাং মাবু হেকঙম্বা তম্বদি
মতু নিংথৌ নহা ওইরম্লে।
রাবগী পন্দোন লোমখরে
ইঙা নোংলেন খোংবগুম

নুজা লাকলেন ঙম্বীদো
মালেম থক্তা ওন্ন থোইনা
থাঙখিদো তেংথা নাওই।
ওইফদবা মতাং থোকখিবনা
কায়ফদবা শরী ওইখিবনা
খুদাং পিবুন চোৎনা
নুজাই খুৎশু থাংলেন
শানৌ খুৎতা লৌখৎলে
খুত্থম চেৎনা পায়থরে
মথবাক থুম্না থিন
ইমুগী ফিরাক থায়
মরম্নাই মথল্লায় লৌজখিদো
লাংলেন নেশুরেন লাকলেন ঙম্বী।
শিঙেল মশুংলাংগী
নুজা য়াইবী মাঙখিবা
লৈরাং কোলোই মিংথোল্লম্মী
মেলৈ লৈস্না নোংজুম্পান
কদাম্বদি লৈল্লংশি
লৈরাং মাদি শাৎহৌরে
শিঙেল মাদি লৈহৌরে
নুজা মকাদগী তাম্না॥

# লৈশং খেকরাইবা

হৈরোক কোন্থোজম খুন্দা
হৈরোক কোন্থোলেম্বগী মমোমলোয়
শনদোং হূইমু লৈমনা
তাঙনা পোকপী মমোমনি।
শিঙেল্লক্তগী হেনজরকপী
লৈরাংলক্তগী অথোইবী
নুজা কোলোই মিংলেন্না
তম্ফা কৌবী ইবেম্মা
শিঙেল চাউবা লেপফারে
লৈরাং শাংবা লেপতমলে
নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদা
পয়া চেপসি লোং
শঙ্গাই য়াইনম লোং
নুজা খুৎতা পায়ত্‌না
লাইজা ইপাল লাংগে
ইনু ময়োল শংলুগে
লেমলৈ ঙাবু তাল্লুগে
নুজা খোঙদোই তুল্লকই।

চৌংথু লাইগী লাইরৈবাক্তা
খোইয়ুম লাইগী লাইনিংথৌ
অবাং পাখং য়ুরেনবা
কোরৌহনবা লাইনিংথৌ
চৌংথু নোংথৌ শোরারেন

চীংঙ্গী য়েংথংবা পাম্বোম মরুদই-
নাবা মপারি অমা ফংজরে।
নোংথৌ শোরারেম্মা হায়রকই
চীংঙ্ লাইয়াম্ পুম্নমক
পারি ইচা ইবুংঙো অমা ফংজরে
পলেম মমাদি লৈতরি
পারি মাবু নাওয়োক্লবা
পলেম কনাবু থিসিগে।
কোরৌ লাইরৈবাক্তগী
মিৎয়েং শানথৈরকপবু
শনদোং হুইমু লৈমগী মমোম
লাইজা ইপাল লাং লৈরম্ববু
থেংনক্লরে খোইয়ুম লাইনিংথৌনা।
হাদা নুরা তম্ফা ইবেম্মা
চীংঙ্ মানা খোয়দাক্লরে।
নোংথৌ শোরারেলনা
মালেম থক্তা খোঙ্গুমলকপা
মুজা ওইবী নহাকপু
নমু তাইবং মপোক্তা পোক্লবসু
য়াইফবী চীংঙ্ লাইরক্তা তিল্লসি
চীংঙ্ নোংথৌ শোরারেল ঐগী
পারি অমা ফংজরেদো
চীংঙ্ লাইরৈবাক্তা নথাম্মুংদা কোন
শমু নমদা পোত্নুনা
নপারি ইবুংঙোবু নাওকোনসি
মুজা নঙবু নোঙ্গারসি

মুজা খুজেং পাম্লোই
নোংলৈ মুংশিং খোঙবেহনা
থেবলকইদা তম্ফা মকাদা।

তম্ফা কৌবী ইবেম্মা
য়াম্বা কোলোই পাউখুমজরকই।
অরাং পাথং য়ুরেনবা
কোয়োহনবা লাইনিংথৌ
চীংঙু নোংথৌ শোরারেন
মুজা ওইবী ঐহাক্তি
নমু তাইবং মপোক্কা পোকপীনি
পম্থৌ ইপা ইবুংঙো
পলেম ইমা ইবেম্মা
শনদোং হুইমু লৈমনা
ইমুং য়োইময়ায় মালেম অঙানবসে
লিবা লীগুম তোম্না হুই
নান্দ লীগুম খোইখোইনা
লোইবী নোংচুপ চীংশাংদা
মালেম নেম নেম হুইখরে
ইমুং মুমিং তারগা
অমম্বা নারল চল্লবদি
পলেম পম্থৌ অনীনা
ইপাগী লাংলেন ইবেম্মা
ইমাগী ইমোম চরেহন
কোয়ৌ মুংথিল মুমিং চুপ্পবু
লাইজা ইপাল লাংথিবা

ইমু ময়োল শংখিবৰু
ইহুং হুশিং আখয়ে
অমম্বা তুখি নাম্বল চনখয়েদে।
ইমোমবু কৈদা লৈখরবগে
হৈয়োক কোম্খৌজম খুজাওদা
খাগা য়াংগা চেন
লৈমায় থক্তা ওম্ন খোইনা
শমলাংদি চোইনা ফা
তীনবী লুনাইদবীনা
মালেম লৈমায়থক্তা ওনবগুম
পম্খৌনা করম খাওগনি
পলেমনা করম য়েংগনি
পম্খৌ শেংনবা ওমজরোই
পলেম খাইনবা ওমজয়োই।
অয়াং পাখং য়ুরেনবা
হুজা ঐবু থম্মীরম্মু
কোয়ৌ নোংদোম থক্তা
নোংলেন খোংদগুম কপচৈদে।
পম্খৌ খাইনা মৈচাক্লা
পলেম শেংনা মৈচাক্লা
হুজা ওইবী নহাদো
লুতুং শমলাং নীংথিবী
কোনথা ফাইগেন ইগুবী
নুরাগী শয়াং ফোইতুনা
হীক্লা হীক্লা কল্লবু
তুংগী শয়াং শম্ভুনা

কোবৌখক্তা পাইবদো
থঙ্গোল মানা পুখিবনা
কৌক্রু চৌংগী চীংমায়দা
পামেল উফৈথক্কবু পনখিদো।
মাঙফদবগী মবম্না
পোইরৈ চাদোম্নং রাঙম শুদোম্নংদা
তম্ফাগী শমলাং নীংথিবী
লৈশং খেকব্রাইবা ওইনা লৈখিদো॥

# নোংবান থোইবী

নীংঙোল থাঙ্গা কাদা
হাওবা কোন্নু অনীনা
পোম্বী পোপা চিল্লোক্লা
মুংশি মুংওন হ্বারিনরগা
খঙ্গোল হকশোক লাংনবা
লমলেন লোক্তাক খোঙবান তল্লকপা।
আ মোইরাং কেগে মোইরাং
মোইরাংগী লমদম য়েংবসিদি
কেগে মায়গৈ থাথংগনিদো
মোইরাংগী পম্বান অরাপ্পসিদি
লাইজা ঈনত্থম হ্বাংবা লমনি।
মা'লেম লৈনবু নেম্বা লমনি।
কেগে মোইরাংগী খোঙবান অসিদি
হৈকক্লা শৌজিন শাবা
চরাংনা পোমায় তুবা লমনি।
কেগে মোইরাং লোক্তাক ময়ায়দা
ঙান্নু থঙ্গোং মতৈ মনাওনা
শানদা নোংদম ইরোয় তল্লেগবা
ইমুনবু খোঙগাওনরত্থনা।
কোরৌগী হুংথিল হুমিং চুপ্পবো
চেল্লানা চিঙ্গাক থিবা লমনি
আ হুংশিথরেদা লমহুংশি॥

নোংবান হুইনীংগুম্বগী মমোমলোয়
লুহ্বাং চন্নু অখুবী

নোংবান থোইবী লৈমনা
খুমন পাম্বদা মরানন্নাই
মুজা খোঙদোই হুন্নমদাই
নুরাগী নীংঙোল থাঙ্গাকাদা
অঙাং খুয়োল ময়ুম হাওবগা
মিথঙ্গেং কাইবী নাওস্তমদা
খোমলেন তুমখুন তান্দুনা
হুংশি হু ওন রারীনবসিদি
আ কল্লবইদা কল্লকই ।

অঙাং খুয়োল লমজা হাওবনা
লুরাং চহু অথুবী
নোংবান থোইবী নঙদি
পন্থোগী রারকথোন কনবনা
খুমনপুংদা খোঙদোই রাইবমদাই
অঙাং খুয়োল ময়ুম হাওবনা
নোংবাল থোইবীবু শিংথাজে
মুজা করি লৈগবু পাসিবনো
ইশানৌ ইবেম্মা পাম্মুবী
লমকেল পাৎতা ওংবী লৈনি
শিঙেল নারা মখোয়রেল
লৈরাংগী কোলোই মিংলেন্দি
নারা কোম্বীরৈ কৌবী লৈ অচুগা
নুবা নোংবান য়াইথীং কোহু নঙগা
খুয়োল হাওবা লাঈরবা লমজানা
লৈরাং মাগা পাগেগবা হুংশিবী ॥

লোংবান থোইবীনা পাউথুমজৈ
ইথংলেন নঙবু নুংশিবা
ইমানগী মচানিস্নু পাম্মুবা
মোম্নু লাইবক থীবি ঐনা
থংলেন মানজা নঙবু
লৈরাং কবিগবু পাসিবনো
কেগে মোইরাং খম্বা হুইথৌগী
লৌদা শাৎপী লৈনি
শিঙেল নাৱা মখোয়বেল
কোলোই মমিং থোল্লি
শিঙেল নাৱা হাওৈব্র
হাওৈব্র কৌবা শিঙেলতুগা
ইথংলেন নঙগা পাগেগবা নুংশিবা।
হাওৈব্র মানবা হাওবা নঙগা
মোম্নু লাইবক থীবি ননাওগা
খোইযুম মাগী নোংদমখোন
শেৎনৌ খাইনৌ তম্লসবোইদো
হুজা থম্মোয় লাইযুম কায়খবে
হা ইথংলেন নঙবু লোইযুম্না
ননাওবুদি অকাও পরৈ চনবিম্নুকো।
ইঙ া নোংলেন খোংবগুম
তেংথাজৈদো নুরা য়াইথিংকোম্নু।
আ কল্লকইদা কেগে মোইরাং
আ নুংশিখরেদা লোক্তাক লমলেন
আ কল্লকখরেদা নোংবান থোইবী॥

# নূরা লৈশংনু

মোইরাং নিংথৌ থাংতেক চুনাইবা
ইনিংথৌ মাগী সনাহাক্তক্তা
খোইমোম চীংশাং লাকপগী মমোমলোয়
হৈয়াই পোম্বী লিকলু অথেঙা
অঙনবদা মচেম শাৎতবী
অথেঙবদা মনাও ফুইদবী
লৱাই পোম্বী হুইক্রুগুম
মমোম মতোমতা পোকপীনি।
মুজা কোলোই মিংলেন্না
লুবাং লৈশংনু কৌরবী
শিঙেল চাউবা লেপফাবে
লৈরাং শাংবা লেপত্রমলে।
পম্বৌ অপোকপনা মমোম য়েংহুনা
ইমোম লাংলেন চরৈহন
হাওশম তুংয়াম্না ফিমু খ্বাশেংনা
লূরেনথক্তা ফৈজা পোপতেকলৈ
য়োংলৈ খুংতা পায়হনা
পম্বৌই পামলৌ তোংমায় কাঙলু
ঙম্না হলরাইবকউকো ইমোম
পম্বৌ য়ারা পাউমেনজৈ।

নূরা লৈশংনু শকহেনবী
পম্বৌগী পামলৌ য়াম্লিংই
চোথে থাঙমায় পাথংবা

চয়ৈ ফিঙৌ শেৎতুনা
পামলৌ তম্না খোঙৱাইরকপা
মশানৌগী চেংলৌ শক্তম উরুবে
পাখং থম্মোয় মুংওনখৱে।
য়াৱা চিঙ্গোই পাউহংদ
লৈঙমখিদরে পাখংবা
পাউহংলকই মশানৌদা
মুজা নঙদি কনানো
পলেম কনানা পোকপনো
পম্বৌ কনাগী মমোমনো
কনাগী লৌদা শাৎপী শিঙেলনো।
ইবুং কেগে মোইরাং ঙাংলৌ পাখংলা
লুৱাং ঙাংলৌ পাখংলা
মুজা ওইবী ঐহাক্তি
খোইমোম চীংশাং লাকপগী মমোমলোয়
লুৱাং লৈশংমু হায়বিত্নুনি
মুজা মানা পাউখুমজৈ।
মুজাগী য়াৱা মপাউ তাবদা
খোইয়ুম নহা পাখংবনা
ইশানৌ ওইবী নঙবু
করি ওইবগী মমুংশিনো
ইশানৌগী থৌরৈ তেংবাংগেকো
শমু খুৎতা য়োৎলৈ পায়
হৈয়ম কোলোই শোনশিকো
হৈয়ু হৈয়া শকশিকো
পাখংনা শকে নুৱানা খুম্মকো

—"কুমনি কুমনি থার পোংথা
য়োরা চীংজিন কুমনি চরোই লোই
চরোই লোইনা কাউবুদে
চরোইবু লোইনা কাউবুদে
মীগী মচা লমলানবা
সুংশি চবোই লোই— ॥"

নুরা লৈশংনু শকহেনবীদো
পাখংবগী মচা অমা ফংজদোরে
খোইমোম চীংশাং লাকপদি
অশাউ থাম্বী মৈহৌরে
মমোম্বু অরাপ্পা লমদা হুন্দোকখবে।

লাইবেন পাথংবগী য়াথং তুংইন
মারজীংগা কৌব্রুগা অনীবু থায়
মাবজীংনা কৈ ওই
কৌব্রুনা শওম ওই
মারজীংনা নাওশুবী,
কৌব্রুনা মায়োক্নবী,
লুরাং চনু লৈশংনু,
মপারি অমা ফংজরে।
শওম কৈ অনীদো
মফম কৈদা চংথিবা
কনা খঙহৌদে কনা উহৌদে
বাংলেন অতুদা লুরাং লৈশংনু
বাবগী পন্দোম লোমখিদো।

মোইরাং ঙাংলৌ পাখংলা
লুৱাং ঙাংলৌ পাখংলা
মুজা লাইবক থীবিদি
লাপলবা লোইবী চীংমায়দা
থিক্রি নোংদমখোনবু তাসিবরা
হোঙা মীকপখোনবু তাসিবরা
লোইবী চীংমুং ঈৱাংখোম্নে
চীংশাং নায়েখোম্নে কপ্তুনা
চীংঙু খোইয়ুম লাইবু ওইবরা
নমু তাইবং মীবু ওইবরা
মীনম্বা তম্বা নঙবু কনানো
অখোয়বা ৱা ঙাঙবা
তম্বা নঙবু কনানো
মোমু মুজা ওইবী ঐহাক্কী
অৱাবা অসে কোকহনবিরোগবা
খোঞ্জেল ৱাংমা তেংথারকই লৈশংমু।

মশানৌনা ৱাবসি উবদা
চীংঙু খোইয়ুম পাখংবমা
মুজাগী নাক্তা য়োৱকলে
খোইয়ুম চিঙ্গোই পাউমেল্লকই
ইরম্মাই ইনেমচাও পাম্মুবী
ঐদি চীংঙু পাখংবনি
নপারি নমা নচা ৱাকমু।
ঙসি কৌবা কোরৌ নোংসিদা
নপারি কোলোই থোল্লমগে

নপারি মাগী কোলোইদি
সনা য়্যারংজান কৌহৌরো।
নমা নচা অনিস্নীদি
অবাৎ অপা লৈতনবা
অকি অখং মাঙনবা
সনাগী চৈশু মতাং তরেৎ পানবসে
নমা নচাগী খুৎতা পীরমগে।
চৈশু মতাং তরেৎ পানবসিদি
নমুপোং খঙহন্দনা চরৈ থুপচানৌ।
কাওরেন শম্না শোক্লবস্থু
তেকপী ওক্লা শোক্লবস্থু
লৈরাংশুম মনখিনি
চৈশুসে মাঙহনগন্নুকো ইশানৌ
চীংঙু ঐদি হলবাইরগেকো।
অস্নুম্না চিঙ্গোই পাউমেল্লম্লগা
চীংঙু পাখংবা মাঙখরে।

কোরৌ হুমিৎ অতুদা লৈশংমু
মপারি য়্যারংজান নমদা পোরে
কেগে মোইরাং তম্পাক তম্নকই।
ইমাগী ইবুংঙো পারি মুংশিবা
লোইবী চীংশাং কুম্মকপগা
কোরৌ মৈশানগা লাংঙকপগা
য়াংবন মৈরিন্নগা কনবগা
কনাগী মোংবা ময়ান্দা চঙসিগে
হায়না পায়মা য়াখল তৌরকই।

খুদাং পিবুম চোৎনা লাকপসি
চীংঙু থোঁদা কায়রুদবনা
অহন মতম ওইরবী হুম্নমালৈ কারবী
তাইবং মীশক লোঁদনা
চিঙ্গোই য়্যারা পাউমেনবিরকই—
ইমাগী ইমোম লাংলেন ইবেম্মা
লমদম্না তাম্না লাকপগা
ইমোমগী অরাবা অসি উবদি
নমা ঐবু করি ওইরসিগে
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা
মপারি শাৎতবা মমোম ফুইদবা
খুয়োল হন্নুবা হন্নুবী অনীগী
মরানয়াইদা নপারি লাঙ্গোন্দুনা লৈয়ুকো।
পলেম মাগী ময়াথং
মোন্নু লাইবক থীবি লৈশংনু
ইন্নুংবা হুম্মিং তারকলে
অমম্বা তুবি নারল চল্লকলে
পম্থৌ খুয়োল হন্নুবগী
মোংবা মরানবু থিহনা চংজরকই।
খুয়োল হন্নুবগী মরান য়োঁরবদা
লৈশংনু চিঙ্গোই পাউহংজৈ
মোংবা শঙলেন অসিবু
পম্থৌ খুয়োলগী ওইবরা
খুয়োল ইপাবু লৈবরা ?
মমোমগী পুংশিবা য়ারাহু তাবদা
পম্থৌ খুয়োল হন্নুবনা

হা ইমোম নওবু কনানো
থরাই থোঙ্গাল তমত্থনা
খুংলাম তোম্নরকই খুয়োল।
পম্মো খুয়োল হন্নুবনা
মমোমগী চেংলো উবদা
নুংওন তুজ্ঞ্গং কোলোইখি
ইপাগী ইমোম ইবেম্মা
পম্মোগী ইরানয়ায়দা চঙলকউনে
লৈশংম্নু মমা মচা উবদা
খুয়োল হন্নুবা হরাও মথোই কাজরে।
মোইবাং খুয়োল হন্নুবী
থোরকউ লাউনে য়েংঙোনে
পাম্নি শাংতে ৱারম্বা
ইমোম ফ্‌ইদে নুংনাংবা
কেগে থাংজীং লাইনা
ইমোম অমা পীবিরে।
খুয়োল হন্নুবা হন্নুবী
মমোম্নু থাদা কোন্দুনা
মোংবা মরানয়াইদা লৈমিম্নরে।
কেগে খুয়োল হন্নুবনা
নিংথৌগী কংলা কাবদা
কন্নিস্নু য়াওদনা কাবসি
মমোম লৈশংম্নুনা পেনজদে
লোংমা কোয়ো অমদি লৈশংম্নুনা
পম্মো ইপা ইবুংঙো
পম্মৌনা কংলা কাবদা পুনবা

নমোমনা চৈশু অমা পীজগে
চৈশু মতাং অহুম পানবসে
পম্থোনা পুহনা কংলা কাবিয়ু
করিগুম্বদা চৈশু অসিবু
থবায় পানবা অমতনা শোকহনবিন্নু।
মতাং অহুম পানবা চৈশু পায়হনা
খুয়োল হম্বুবা কংলা কাখরে।

কংলা উত্রা হোজংদা
চৈশু অদো ঙাহনা থনম্মী
চৈশুসি অঙাং অমনা শোকউরে
অঙাং অদো লৈ মনখরে।
পাউ অসে মপু মোইরাং নিংথৌগী
শমু নাকোং য়োৎখরে
কনাই চৈশুনো থিনরকলে।
খুয়োল হম্বুবনা হঙ্গংচৈ
ইনিংথৌ ননাই নপুগী চৈশুনি।
ননাই ইপুগী চৈশুসিদি
থবায় চরাংবান অমতনা,
শোকপা য়াদে ইনিংথৌ।
মপু মোইরাং নিংথৌনা
কাইরৈ য়েন অমা ফাহনা
চৈশু মনাক অহুদা থম্মু তাকপীরে।
নিংথৌগী মদাইরেমশিং অহনা
কাইরেন য়েন অমা কাক্সরে
চৈশু অহু শোকহনবদা

কাইরৈ য়েন্দু শিরে।
খুয়োল হন্থবা অঙম্বা,
কেগে লাল্লোই কল্লাইবা,
চৈশু মতাং অহুম পানবহু পায়হুনা
মোংবা মরানম্নাইদা হনখরে।
মবানয়াই য়োঁবদা মমোম্বু কৌহুনা
ইপাগী ইমোম লৈশংহু
ইচানা পীবা চৈশুসে
মপু মোইরাং নিংথৌগী
কংলা উত্রা শঙলৈমদা
য়াথোক অমা ওইবেদো
কোম্নুংগী অঙাং অমা
চৈশু শোকলুবদগী শিখরে।
কাইরৈ য়েন অমসু
চৈশু খেংলুবদগী শিখরে
ইচাগী চৈশু অসিবু
মফম কদাইদই কংবা চৈশুনো।
খুয়োল হম্নুবগী য়া তাবদা
নুবা লৈশংহু ইবেম্মা
লবাই কোইজাথক্তা
লোইবী চীংহুম্না ননবঙম
মোম্বু লাইবক খ্রীবিদো
করি ওইবগীবু য়াবনো
য়াবগী পন্দোন লোমখরেদো।
লৈশংহু নিংথৌ চৈরাক কংদনবা
খঙলোই উয়োইদবা বকমদা

চৎলগে লোৎলগে লেপখ্রে।
মপাব্রি ইবুংঙো য়েংহ্রনা
পারি ইবুংঙো মুংশিবা
ইমাগী শমু নমদা পোরগে
বেগে কনাগীদা লোৎসিগে
মোইরাং কনাগীদা চঙসিগে।
মমোমগী অরাবা উবদা
মোইরাং খুয়োল হন্নুবা
থম্মোয় মুংবংননা চিঙ্গোইবিবকই
ইপাগী ইমোম কবিনো
ইচানা ইপাই থকচেৎনববু
মফম বৈদা হল্লাইবা।
লৈশংম্নুনা—পম্বৌ ইপা ইবুংঙো
পলেম পম্বৌ শেৎনবা তারেনে নচাদি
মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ
পুরিৎলাইগী মদাইরেমশিংনা
নমোমবু ফাবা লাকপা তারে
পলেম পম্বৌ অনী লৈহৌরোকো
নমোম লাইবক থীবি খোঙরাইজরে।
মতাং মরি পানবা চৈগু থাগোম্নবে
মমা মচা অনীদো
মোইরাং শনগা লম্বীদা কুমথরে
হাজং নায়ায় খায়হ্রনা
মমা মচা চেল্লকই।
মপু মোইবাং নিংথৌগী
বংলাদা থৌগাই পুরিবা

থাঙ তা পায়বা তম্বা কম্মামকমদা
খুয়োল হন্নুবগী মরানয়াইদা
নমু তাইক মীরা খোইমুম লাইরা
ফাতুনা পুন্দুনা পুরকউ
নিংথৌ য়াথং তাকপীরে।
নিংথৌগী মদাইরেম ময়াম য়োরক্লে
খুয়োল হন্নুবগী মরানয়াইসি
ঈচল লাঙ্গোই ঙাগুম কোয়শিল্লে
চিঙ্গোই য়ারা তাকপীরে
কেগে খুয়োল হন্নুবা
নঙগী মোংবা, নয়ুমদা কনা লৈ
পুথোকলকউ পীদবা য়াদে ঙস্নিদি।
খুয়োল হন্নুবনা পাউথুমজে
নিংথৌরেনগী মদাইরেম য়াম্বসা
লুবাং লৈশংসু কৌবি ইমোম অমগা
মপারি ইবুংঙো য়ারংজাম
হায়বা মচা গুপা অমগা
ঐগী মোংবা ইয়ানয়াইদা লৈরগী।
ইমোমতুনা পীরম্বা চৈগুনে।
নিংথৌরেনগী মদাইরেমশিংনা
মথা তানা পাউহনকই
নঙগী নমোম লৈশংদুদি
য়াংদৌ কদোমদা চেনখি।
খুয়োল হন্নুবনা খুমজে
ইনোম লাংলেন লৈশংদুদি
কেগে লোক্তাক খোঙবান্দা

মমা মচা চেনখয়ে লোংখয়ে।
খুয়োল হন্নুবগী য়ায়াত্নু তারবদা
নিংথৌরেনগী মদাইরেম পূম্নমক
য়াংলৈ তাউবা হুইগা লোয়ননা
লৈশংন্নুগী য়াংদৌ লম্বী
লমখুন লীত্নুনা তাম্নরকলে।
লৈশংন্নুনা ইমাগী ইবুংঙো য়াবংজান
কেগে মোইবাং লৈবাক্লা তামহৌবগা
মপু মোইরাং নিংথৌগী লাম্মীনা
ইমা ইচাগী য়াংদৌ খোঙ্গুল লীরকপগা
য়া দৌ লম্বী লম্মখাংদা
মোইরাং লাম্মী মচাই মখুবাক্তা
ইচাগী য়াইবী মাঙগবরা
বারেদকো পলেম নমা ঐদি।
অসুম্মা অসুম লাকপসিনা
য়াঙ্গোই তুবেল খোঙবান্দা
লাইজ্জ ঈহৌরম্বনা
লৈশংন্নু মমা মচাদো
তুবেল লানবদি ঙমদা
মোইরাং লাম্মীনা য়োরক্কবরা
বাবিঙৈগী মতম অসিদা
অমম্বদা উবিবা অঙানবদা খঙবিবা
চৌংন্নু লাই পাখংবনা
নমু তাইবং মীশক ওন্দুনা
বাকপৈ হি মচামা তোংত্নুনা
তোংজেং নৌরেল খুংতা পায়ত্নুনা

লাইজা খোঙনুংদা হোন্দুনা লাকপদো
লৈশংন্নুনা লাপ্পা উজরকলে।
কেগে মোইরাংগী ইপা-ইপল ওইবরা
থুমন নোংয়াইগী ইবুং-ইপুৰাবু ওইববা
নমোম লাইবক থীবিদি
ইপারি ইবুংঙো নমদা পোত্নুনা
মৈমাঙ চেনবা শাগুম
হুইয়েন লানজেল্লকপনি।
লাইজনা চাংদোন পাবনা
শানবা ঈবোই তমসি তমঙমদা
ইমু খোঙগাঙনসি কাঙমদা
মোন্নু লাইবক থীবি ঐগা
ইথানুংগী ইচা অসিগা
ৰাকগৈ হিগুনুং অত্নুদা
নমোম্বু অমুক্তা লানবিরম্মু।
চীংঙু পাথংবনা পাউথুম্নকই
ইশানৌ ইনেমচা মকুম্বী মানবিও
ইবুংগী ৰাকগৈ হি অসিদি
মী অহুম তোংবা য়াদে।
অনীদগী হেনবা য়াদে
নপারি হান্না লাল্লু হায়বরা,
চীংঙু পাথংবগী ৰাহৈ তাবদা
লৈশংন্নু পায়মান্নুংদা খনজৈ।
চিঙ্গোই য়াৰা পাউমেনজৈ
থুমন মোইরাংগী ইবুং-ইপুৰা মানবও
ইপারিনা হান্না লানবিম্নু

ঐনা বোম্না লানজগে।
চীংঙু খোইয়ুম পাখংবনা
পলেমগী মথান্নুংদগী
মপাৰি সনা য়াৰংজানবু
ৱাকগৈ হিগুন্নুংদা হাপতুনা
লাইজা তুৰেল লানবিৰে।
চীংঙু পাখংবা মাদি
পলেম মমা লান্দ্ৰিবৈদা
মকম অসোমদা মাঙখি খঙহৌদবে।
পলেম লাইবক থীবিনা
নোংচুপ তুৰেল খোঙবান্দা লেপ
মপাৰি ইবুংঙো য়াবংজান্না
নোংপোক লাইজা খোঙবান্দা লেপ
মমানা মচাবু কৌ
মচানা মমাবু কৌ
নোংখোংবগুম কপমিন্নে।
মপাৰি ইবুংঙো য়াবংজান্দি
খোইয়ুম্না যাংদৌ লম্বী চিংহুনা
মোংবা তুৰেল তুখুন তাখবে।
পলেম মমা লৈশংন্নুদি
মপু মোইৰাং নিংথৌগী
হুইযেন লাম্মীনা ফাহুনা
মোইৰাং মীফা শঙদা থমখবে।
মপাৰি ইবুংঙো অসিনা
মোংবা তুৰেল তুখুন তারকপদা
তুৰেল তুখুন মরীন্দা

অরোং শঙ্গোই তাবনা
লেমলৈ ঙাফাবা হল্লকপদা
মোংবা তুরেল তুখুন্দা
লৈশংনুগী মপারি য়ারংজান উবদা
অরোং শঙ্গোই তাবনা
মোংবা তুরেল তুখুন্দা
নাৱাগী মশক মাল্লিবা
চীংঙু খোইয়ুম লাইগী মচারা
নমুপোং কনাগী মচানো
অঙাং অসিবু উরগা
চিন্দমনীংবা হৈরাংগুম
চিন্নিংবা শিঙেলগুম
মাল্লিবা অঙাং অসিবু
থক্তা খনবা লাইও
খাদা লৈবা খোইয়ুমও
খোইয়ুম মানা থৌজানবিত্নুনা
পারি পোক্কে খনবিত্নুনা
ইমোম শাৎতে উবিত্নুনা
ইপাবি ওইনবু পীবিরকপরা
ঙসি কোরৌ অসিদি
ইথাম্মুংদা পারি কোল্লগে
শমু নমদা পোরগে হায়বগা
পারি য়ারংজান পুত্নুনা
মোংবা মরানয়াই তান্না হলরাইখিদো
অরোং শঙ্গোই তাবা।

# ঙাঙোই থাংচীং

অরাং কৌপলু অসূপ্লাগা
ঙাঙোই থাংচীং কুরুগা
অনীনা পোইরৈ খুন্দারকপদা
চান্ন মন্নপ ওইখিয়ে।
মন্নপ ওইনরবা মতমদা
তারা চাক চানসি রাবেপ্পখি
মন্নপ অনী অসিনা
হায়নহুংগী রাদগী অমনা অমবু
তাবা চাক কৌনবা তাখিয়ে।

অরাং কৌপলু অসূপ্পনা
ঙাঙোই কুরুবু হান্না বৌই
পাতাও অনী অসিনা
অরাং কৌপলু অসূপ্পনসু
মতাও ওক্কে লাংগুমলকপা
থাংচাং কুকনসু লাংগারকপা
রাংলেন মতম অসিদা
নিংথৌখোং হায়বা পোইরৈ
লমলেন মফম অতুদা
মন্নপ অনী অসে ওক্লখিয়ে
মন্নপ অনী ওক্লখি হায়রতুনা
মথোয় অনী ওক্লফম
মরম লমলেন অসিবু
হয়েং পোইরৈ চাদোঙ্ক

ৱাঙম শুদোঙ্গংদা ঐথোয় অনীনা
ওক্লফম পোইরৈ অসিদা
লাঙোল্লকপা খোইয়ুম মাদি
কোলোই থেংনরেল ওক্লরেল কৌরসন্থু
অস্নুম্মা মক্কপ অনীনা
য়াৱা কোলোই পাউমেন্ন খিয়ে।

কৌপলু থাংচীং অনীনা
শারম তরেৎ চামিন্নৈ
শানৈ য়ুনৈ থকমিন্নৈ
হরাওমিন্নৈ মুংঙাইমিন্নৈ
মক্কপ অনী চিঙ্গোইনৈ
পাতাও নঙস্থু ঐস্থু হলৱাইবসি
অস্নুম্মা মক্কপ অনী, থিন্দোক্লখি হন্ন খিযে।
কোরৌ নুমিৎ অত্থুদা
থাংচীং ঙাঙোই কুরুনা
অৱাং কৌপলু অস্নুপ্পগী মফমদা
পাতাও কোরৌ অসিদগী
নুমিৎ শিংবুম তরেৎ নি লৈরবদা
ঐগীদা অমুক তাৱা চাক কৌগ নি
হায়না য়াৱা কোলোইরম্লগা
মক্কপ অনীমক অদো
মাগী মাগী মরান পাংনখিয়ে।

কোরৌ নুমিৎ খরা লৈরবগী তুংদা
নুমিৎ শিংবুম তরেৎনি শুবদ।
অৱাং কৌপলু অস্নুপ্পা

মালেম নেম নেম হুইথরকই
থাংচীংস্থ ল্যোইরোই হায়গৎলকই
মতাও কৌপলু ওক্কে হায়না
য়াংদৌ খোঙদোই হুল্লকই
মক্কপ অনী অসে থেংনখিয়ে
কেকে মোইবাং লৈকোইপুংদা
হায়রিবা মফম অসিদা
মক্কপ অনীগী লাঙোন্দগী
পাম্থোইবী অয়'ংলৈমা পোকএ।
মথংদা কেকে মোইরাং
লৈকোইপুং শেমখিয়ে
থাংচৌংগী মবানয়াইদা
ঙাবম তবেৎ তারা চাক চানবে
হুমিৎ শিংবুম তরেৎনি
তরেৎনি অসিগী মমুংদা
শালাই তরেৎকী অচারম পীখিয়ে
লোইবগা হলরাইরসি হায়নহুনা
মক্কপ অনীমক অদো
ময়ুম পোইরৈ পাংনখিয়ে।

# নাৱা পেত্রুকলৈ

লোইবী চীংদা শাৎপী লৈ
চীংয়া তময়া হেন্নলৈ
লোইজীং লোইয়া ভাঙনলৈ
মেন্দোং মেন্দাং খোলোন চীং
নোনেম্বা হাওদি ময়াম্বা
তোনেম্বা হাও মনাওনা থাবা লৈ
থৌহ্ নুঙ্গাইলক্তা শাৎপী লৈ
লৈরাং মউ তাবু য়েংবদি
শানৌ থম্বাল মানবীশিংগী
খুবোমগী চংলৈ মানবী লৈ
শিঙেলগী লৈনা তাবদি
য়াংলৈ তাউবা হূইরৈ মানবী লৈ
শিঙেলনা ফুকাইনা শাৎলগা
কুহী কুম্বান থোং কুমজেং
কোয়ী কানা থোক্না শাৎপী লৈ
চোইনৌ নাসিস্থু মানবী লৈ
পাখং শালাই পেত্রুকস্থু মানবী লৈ
ৱাকচীংগী উল্লেন হীনা তারকপদা
লৈরাংগী লৈৱাক শামগবরা হায়ববু
শিঙেল লৈৱিক শামদবা লৈনে।
শিঙেল নাৱা মখোয়রেল
পাখং শালাই লৈতেং
পেত্রুক মাল্লি হায়দনা
পেত্রুক্কী মিংথাং লৌদনা

ইম্না লোইদাম্ লৈরাংলেন
লোইদাম নাক্সা পেক্রকলৈ
কোলোই *মিংথোল্লম্মীনে।
শিঙেল নাক্সা পেক্রকলৈ
লোইজীং লোইয়া পাম্নলৈ
হুঙ্গায়লক্তা ওম্ন থোইনা
লৈরাং লৈশাৎ তম্ববো
নীংবা থুংদবা করি লৈবনো।
অপাম্বা করি ফংদবনো
নমু তাইবং পানবদবু
করি য়াবা পাউমেন পীবনো
য়াব্রা কোলোই শেংবীয়ো।

# মকুই মুংঙনচীং

থোঙাকনিদ্দি অশিথেল
মকুই চীংদি মুংঙনচীং
খমু্ংনিদি শিংগুম মীরৈপুং
থোইয়ুম মাগীদি মশাইগোন
নুংগা চাম্মনা শিংগুম্নগা
পাখং চাম্মনা ঙাইনপুং
পাখং চাম্মনা শিংগুম্নগা
নুংগা চাম্মনা ঙাইনপুং
রাবনা ফেরে লাউবা মুংগুকচীং
খুমুনা মিংম্না তাম্বা চীং
খমু্ং কিকোই লৌঙনবী
নুংগা পুকথেম হৈবীনা শেম্নলম
থোঙহামপাংতি শিংগুম চাইথলম
হৈরুথক্তা শি গুম চরৈ ফৌনলম
শিংগুম মুংশেল থোঙদালম
শিংগুম চয়োম চানলম।
লাইজা ঈরংলিবী মশাইগোন
মপল পম্থৌ অহুমনা
লাইজ থরুং থিম্নলম
শিংগুম মীয়াম্না লাইজ থক্লম
থোঙদোইরকপা য়াইবীদো
মীকপখিয়ে মকুই মুংঙন চীংদা।

মরম লমলেন মদাইমা
থোঙঙাক মকুই মুংঙনচীং

লাই পাখংবনা হুনবদা
লাই নূগ্ননা ওকপচীং
লাই নূবানা হুনবদা
লাই পাখংবনা ওকপচীং
ফিবুল লাল্লোই চীং
শিন্নৌ মোইথাপ লশিংলৈ
তবেং য়োংতি উংশিন্না
অযুক হুমিদাং খুংশান্না
চাউনা শাংনা শান্নউ
পুবোন মপানফুক লাংনা
মকা যোইনা থাবব
পুবোন মতোন চোনা
লাংলেন মশা চাউনা পানবনে।

ঘাল্লাসে কাউযদেকো ইশানৌ
পাযমা ল্লাখল চোইজাইনবল্লনা
খোইনৌ নতা ঐল্লাকনা
তাইবং চেজেল লোইবংদা
ইশানৌ নঙবু ল্লংশিবী
ল্লাংলোন খবগী চান্নবোই
নতা ঐগী থল্লায় মিবেন্না
শানৌ নঙবু ঙাইবমগেকো
মকুই নুংওন চীংভিন্দা
হন্দক মপোকসিমগীদি লোইবেদকো
অবোইবা য়াল্লা পাউমেল্লম
মিবপ তানখিদো থল্লায়না॥

# য়াইবী খোঙ্‌ব্রাইরোল

নোংমা কোরৌ অমদা
নাওখম্বা লাইনিংথৌনা,
হুংপান কুরুম্বদা
চিঙ্গোই পাউহংখি

হে ইপু হুংপান কুরুম্বা
ঐখোয় তাইবং অসিনা
শিংগুম নোংদা
খমন্নুং কিকোই লাইরেম্মানা
তাইবংগী থরায় পুই
হায়বসিগী রারী লাবিয়ো হাযভেদা
কুরুম্বনা খোইয়ুম পুনেমখ।
তাইবং শাৎলবা হৈ হায়া
অনীমকপু পুনেমজখি।
মসিগী তুংদা কুরুম্বনা
য়ারা পাউখুমজখি
হে ইনিংথৌও তাবিয়ো
ঐখোয় তাইবংনী অসিদি
চীংঙু অরুম্বনা যাত্নুনা
হৈবাং নাহে চল্লক্লবদা
চাদ থক্লবনা পাঙ্গল শোল্লবদা
থম্মোয়দা চাকলকপা নৈচাক
খাঙবা ঙমলকত্রবদা
শমু রাখল চোইশিল্লক্লবদা
খমন্নুং কিকোই লাইরেম্মানা

থেম্বা হৌয়ে মী মী অত্থুগী য়ানবা
সুজা ওইবীগীনা মথংলেন শাত্থুনা
তম্বক্নীনা মশানৌ শাত্থুনা থেম্বনে।
ইনিংথৌ, থোংবান নাবা পিরেনহৈনা
মতমগী তাউজিং শাদনা থেমখিয়ে
শিঙেল লৈরাং হন্থুরৈনা
মতমগী শিঙেল শাত্থুনা থেম্মে
নূরাশিংদা মথংলেন শারগা চিঙ্গোইয়ে
শানৌ ইবেম্মা নঙবু য়েংঙো
নঙগীদমক নথংলেন ঐনা
চানবা তাউজীং পুরকলিয়ে
চিন্নবা শিঙেল পুরকই
নঙদি অবা হুইশেল লাংলে
য়াঙ্গোইবা ঙমদত্থুনা লৈহৌরে
হায়না নথংলেন্না তারে
নয়ুম মোংবা নরানয়াইদদি
শানৌ নঙনদি য়াঙ্গোইরক্কা
নপারি নমোম্নদি
পলেম মানা লাঙ্গোল্লক্করে
খোম্লাংবু লাইজ ঈথৌ লাংলে
তিনথ্রোক য়াংদৌ চোংবগুম
চোংথুনা লৈহৌরে
নপারি নম্বোম্বু খোম্লাং ইল্লুসে
শিঙেল অসি চিল্লো
তাউজীং অসি চারো থেম্লক্কে।
মথংলেন ওইরবোই নীংথুনা

মথংলেন ওইরবোই নীংছুনা
তাউজীং চারুরে শিঙেল চিরুরে
শিঙেলদো চিরুদা তাউজীংদো চাকত্রবদি
নমু তাইবং নওদি শিংওমলোইয়ে।

অম্রুমা থমজুং কিকোইনা
থেমছুনা থেমছুনা পুরকপনা
শঙ য়ৌবদা শঙগী মচুংদা
চুমলৌ লানা মাইথা ওই
লুফু মতুপ্পা মোলাং ওাইথাংনা
য়েনমাম চরাং মানবি শম্লাংনদি
লেংদোন লেংপাক ইচাই চাই
ঙৌনা ঙৌনা তাররুবদা
লৈকম লৈত্রবগী য়াইবীনা
মপাল থোকলকলবদা
থমজুং কিকোই লৌওনবীনা
মথংলেন শাদনা লৈরমলে।
শানৌ ইবেম্মা নহাকপু
রান্দেং শিংজু চাসি হায়নমক্তবু
লমহান পুকৈ থেনকাদনা
রান্দেং শিংজু চাহল্লে
তাউজীং হৈরাং পীজরে
থমজুং কিকোই লৌওনবীনা।
অম্রুমা থেমছুনা পুরকপনা
ঈরম অহুম ফাংবা লাল্লে
অচু নোংদা বিকোইনা হায়রে

হে তাইবং মী তাও
ঐ অসিদি লথংলেন নত্তেদো
খমনুংগী কিকোই লৌওনবীরে খঙেদ্রা
লও অসিদি খমুং মীরৈপুংগী
অসি পাউ ফংলে শিংগুমলে
অচঙ খোঙদি থিংখ্রেদো
অশি খোঙদি হাংজরনে
মালং খোঙগা শুনরে চংজিদো
হায়হুনা পুররকলে ক্লিকোইনা ।
মুবা নিংথৌ তরুং লাইরেম্বা
লাইরেম্মা মাগী মখাইগোন
খোইয়ুমদো শিঙেল লৈরাং
তাউজীং ঠৈ লান্নুনা পুনেমলে ।

হে পারি ইমোমখোম নখোম্বু
নপন পাম্বৌ অহুম্মা
লাইজ থরুং খিল্লিরনে
চাদ থক্তবনা লোংগী
শাম পাঙল শোনরগা
লমদম তাম্মা খোঙাইরকপগা
বাররিগনি লাইজ উথৌ লাংলরিগনি
লাইজ উশিং থকলো লাও
কৌশিন্দনা লাইজ্জা উশিং থকলে ।
থারম পাংনা লাকপনা
লাইজ নমবুন লাক্লে
খোঙহাম পাংতা উটি সুম্মে

শমখোঙ্ শমত্মা প্রেংরে
চীংহী শম্বার লাংরে
শিংগুম্বদো রৈরু মায়খারে।
মরম অমলের কুমুগোল গোংবী
শমজেং কুরুপের লৌরে
খুগা নানরী রাশমুজেংরা
তনান তনান হাংনরে
শম শম্প্যাক লায়নরে
হৈরু থক্কা চরৈ কি রেনৌনরে।
মকুই মুংওন চীং কাহুনা
তারা চুয়োম চানরে
চাবা পন্দোন লোমগা
পোইবৈ শমবু রেংলকপারা
তাইবং পারবদি শমু মহারো
লমস্বায় কাইগা থিরা
শাবন মৈথু খুনা
খাম্বী মৈমিকপা উরকলে।
অমু লোংদা মাইকীনা খরে
অসিদি অমু শিংগুমলেদনা
তাইবংপানবদদি মশারীনা
খোংলেন খুংতা পারু
পুলাং লেংদা খোং
খাম্বী মৈকোইবা
পাজেম পন্থৌ পাবি মমোমজিংনদি
খাম্বী মৈ কোমরুনা
কপা লাউরবা উরবারু

য়াইবী অহূর্না কৌহ্না
মুবুই মুংওন চৗংগী
চৗংদোন্দা মিকপলে।
পলেমগী ইমোম ইবেম্মা মুংশিবী
পারি ইবুংঙো মুংশিবা
নমা ঐদি শিংগুমলে
অচঙ থোঙদি থিংখরেদো
অসি থোঙদি হাংলে
নমাদি হনবা য়ারগোই
পারি ইমোম নখোয়বু
তাইবংপান্দা কনানা লাঙ্গোনগবনো
মরায়বক ফবা নাবাদি
পলেম লৈবনিনা অহীং মতমদা
তারা চাক থোংহ্না পীজগনি
মুমিদাং থাদা কোন্দনা য়াহিপকনি।
পারি ইমোম নখোয়দি
কনানা লাঙ্গোনবিগবনো
পারি ইমোম লাইবক থীবা নখোয়বু
পলেমনা করম য়েংসিগবনো।
হে নোংদম্বা চৗংঙ্‌ও
করিগী নোংদম অশুক থীবনো
কল্লকইদকো কল্লকই।
তাইবং ঐথোয়না শাংলকপদি
তরুকনিদা য়ুপান হৈশোই থাবদা
নোংদম্বা চৗঙ্ লাই নঙনা
হৈক চেংজেন্দা খোর্জেই থাই হায়নৈ

মুজা ঐনা নহানঙৈগী মপোক্তা
করি লংজ লৈবগীনো
হন্দক্কী মপোক অসিদা
পারি ইমোম নৌনা কায়নহন্দুনা
অমং শিংগুম্মো নো৲দম্বা অসিবো
বরম য়েংগে হায়বনো মপুও
নোংদম থীনা তম্বীদকো
হায়না মকুই মুংগুন চীংদা
য়াইবিদো মীকপখিযে ইনিংথৌ ॥

অসিদগী মীযাম ঙাইনবগা
তোরৈ খা পাংনা খোঙদোইবে
অমম্বা খোংলেন য়োঠুনা
লংলাগী থোং শম্লাংগী পাম্বৈ
পাযত্নুা লাইজদো ঈরাল্লে।
মপাপ লৈবদি থোং লালহন্দে
হিদেন অমদা ৱাকৈগে হিদা লাল্লে
হিমন লৌযে
হঙোই কোন্দে নুবাবীনা হি লাল্লে
ঐখোয় তাইবং মীনা শিংগুম্বদা
শেন চেন্নবসিদি ইনিংথৌ
হিমন পীনবনে।

অম্বুম্বা থয়ংদা খোঙবাইরক্লে
অহু নোংদা থোঙারেম্মা ৱা হংলে
মাগী মাগী ৱায়েন্দি কোম্না তৌসে

মপা মমামা তাইবংদা লাঙ্গোনগদৌরি
হন্নুখো হায়দুনা য়াইবীনা হন্নকপদা
খাম্বী মৈগী মৈথক্তা চঙদুনা
মাম্বী মাগী হক্তা চঙদুনা
খাম্বী মৈশা খাঙবা ঙমদদুনা
কোয়ৌ ফিঙৌথক্তা নপু্না লৈয়ে।
কোয়ৌ ফিঙৌ থাদুনা চাক্লবদা
মালেমদা ওন্দুনা লৈয়ে য়াইবীদো
মঙানি শুবদা থরায়মি কৌনদুনা
থোৌরম য়াওবো হায়দুনা
কৌশিল্লিবা অসিনে তাবিয়ো
হে ইনিংথৌও হায়দুনা
থোঙাক কুরুম্বনা নাওখম্বদা লীখিযে।

লাইনিংথৌ নাওখম্বনা
মখাতানা চিঙ্গোইবিরকলে
হে ইপু কুরুম্বও
অহন শিংগুম্বগীদি তাজরে
নারাশিংগীনা কমদোবা লীবিয়ে।।
নহান্নোং হয়ীংদৈ
চয়িং খুম্নুং লাংবা চংদৈদা
কুকুম্বা রা থুমলে
তাবিয়ো ইনিংথৌ লীজগে
নারাশিংগীদি নারিঙৈদম্বী হৌদুনা
খয়ুং কিকোইনা থেম্বনে
পারি ইরুংঙো ইমোম ইবেম্মা

পলেম্মা শিঙেল লৈবাং পুরক্লে
শিঙেল অসি চিল্লো
তাউজিং হৈরাং পুরক্লে
তাউজীং অসি চাবো
হায়না থেমলে থেম্বসি ঙমলক্তে
শিদনা পুথোক্লকপদা মপানগী কংলৈদা
শঙগী মতুংদগী য়াইবী থোরকপদা
থম্মুং কিকোইনা থেমলক্লে
পলেমগী ইমোম ইবেম্মা
পলেমগী পারি ইবুংঙো
শিঙেল অসি চিল্লো
তাউজীং অসি চারো
পলেম নমাগা লোয়নহুনা
লমহানবুং কৈথেল কাকসি
হায়হুনা তাউজীং পীজরে
শিঙেল লৈরাং চিলহল্লে
চিল্লবদা লমহানপুংদা
রান্দেং শিংজু পীজরে।
থম্মুং কিকোই লৌওনবীনা
য়ারা চিঙ্গোই পামেনবিরকলে
নারা নখোয়না ঐবু পলেম নমানি
হায়হুনা ইল্লিবসে ইল্লগনো
ঐদি নখোয়গী পলেম নত্তেয়ে
ঐদি থম্মুং কিকোই লৌওনবী
নুরা পুকথেম হৈবী হায়হুনে।
নখোয়দি অমং শিংগুল্লবনে

শিংগুম্বা মীয়ামসিগা য়াঙ্গোইখো
তাইবংদা হুনগে হায়রগা
নঙগী পলেম পম্বৌনা
লৈবা লমদা হুনজখো হায়রম্লগা
কিকোই লৌওনবীদো মাঙখোকখবে।

তাবিয়ো লাইরেন মৈদিঙু
অদু.নোংদা অঙাং নাৱানা
ৱান ৱানা মিকপলকলে।
হে খোইয়ুমও খোন খোকলে
কনানবু তম্বীবনো কনানবু শিনবিবনো
ঐনা শমু য়াতারম্বদি
পম্বৌগী মোংবা শঙলেনয়ায়বা খনবদি
মপু লৈতবা শঙ ওইরমলে।
তেরাগী মোনতেক্লা খল্লুবদি
চামলৌ লানা মাইথা ওই
লফু মতুপ্পা মোল্লাং ঙাইখাঙনবম্লে।
কনানা শীনবিবনো কল্লকই
লৈনীংদবদগী য়াঙ্গোইবস্থু
তরং মালং ওইরে।
পলেমনি হায়না নীংজরুবস্থু নংলমদবে
খম্লুং কিকোই লৌওনবী
নূরা পূকথেম হৈবি ওইরম্লে।
হাঃ পলেম ইবেম্মা
হাঃ পম্বৌ অপোকপা
লমদম কৈদা লৈপ্রবগে

হায়না কৌ কৌহুনা
তিনখ্রোক য়াংদৌ চোংবগুম
চোংহুনা কপলকলে
অহুদগী নাৱানা
মিথয়েং কারন লানখিবদা
শিংগুম্বা অহনশিং
তম্বা মুজা থৱা উৱে
অহুদা নাৱাশিংদো চঙলকলে।
হো পলেম পম্থৌ মানবখোয়
নখোয়গী নৱক্তা
পলেম পম্থৌ য়াওরিবৱা
থৱা তাকপীয়ো
ঐখোয়দি লাইবক থীরে
পলেম পম্থৌ কায়নম্নে
হায়না হংজবদা শিংগুম্বা
অহনশিং অহুনা হায়ৱকই
নখোয়গী পলেম পম্থৌ য়াওদে
ঐখোয়শু নখোযগুম লাইবক থীবগনে
শিংগুম্নবনে অচং থোঙদি থিংগ্রগনে
অশি থোঙদি হাংলে
তাইবংদা হনবদি য়াববোইয়ে
থম্মুং শাৱা তাল্লবনে নাৱাশা।
নাৱা অঙাংনা হায়বকই
হে পম্থৌ মানবাখোয়
হে পলেম মানবীখোয়
ঐখোয়দি থম্মুংদদি য়াঙ্গোইনীংদে

পলেম মাগী লৈফম তাকপীরম্মো।
অহুদগী শিংগুম্লবা অহন্না হায়রকই
হে ইচামানবা নারাখোয়
নরানয়াইদা হনবা য়াররোই
অহু রাহৈ তাবদা
নারানা পলেম নখোয়গী
হৈনা নতুং ইনজগে
ঐখোয়দি লাইবক থীরবনে
ঐখোয়বু পুবিয়ো হায়রগা
মীগী মতুং ইল্লমদাইদা কপলক্লে
ঐখোয়বু করম ইনসিগে
মচা নত্তবনিনা নুংশিরোই
করম্না হায়রম্লগা নারাশিংদো
পলেম কৌহুনা কপলকালে।
হা পলেম ইবেম্মা
পোইরৈ লমদম কৈদা
লৈহৌরবনো ইমাও নুংশিবী
চাদ থক্তবনা পলেমগী
খোম্লাং লাইজা ঈখৌ লাংলে
পলেমগী খোমলাং লাইজা খজিক্তা
থক্লবস্থ অরা পোৎথাগদবনি।
লাইজ ঈশিংস্থ ফংদরে
পলেমগী খোম্লাংস্থ ফংদরে
অহীং মতমদা কদায়দা লৈগরা
কনানবু লাঙ্গোনবিগ্রবনো
মক্কম কদায়দা তারা চাক চাগবলো

পলেম ইবেম্মা লমদম তাম্না লৈগ্রববা
থবো কাণ্ডক্রম ওন্না কপলবলে।

অহুদগী শিংগুন্নবা অহনশিংহুনা
মুংশিহুনা ন্না থন্নবে।
খোইনৌখোয ঐখোযনা পুবিন্নসে
ঐখোযমু তাইবংপানবদা
ইপাবি ইমোম থনমলে
নান্নাশিংহুনা পলেম পম্মৌ
লৈতবে হাযবমগনিযে।
তাইবংপানবদা অচওবনা
চওনা যোকসনো
শিংগুদসিনা ঐখোযন' যোন্নসে
অসুম্না ন্নাবেপ্না খোঙদোইবক্তুনা
চিংখৎপীরে নাবাশিং অহুবু
পাবি ইবুংঙো ইমোম ইবেম্মা
নখোযদি নপামগী মবানযাইদা
হনবা যারবোই ইচাসা
খম্নুং অশি পাউ যংলে
অমং শিংগুমলবনে
অচও খোঙদি থিংখবেদো
অশি খোঙদি হাংহৌরে
হায়হুনা চিংখৎলে নান্নাশিংহু।

অসুম্না কপ্না কপ্না খোঙন্নাইবকপনা
ঈরম অহুম কাংবা লান্নে

লাঙ্গোন মুরা নিংথৌ
তরুং লাইরেম্মা পুনেমলে
অহু নোংদগী থোঙাক লাইরেম্মা
লাইজা ঈরংলিবীনা চিঙ্গোইবিরক্লে
পারি ইমোম নখোয়বু
নপন পন্থৌ অহুম্না লাইজ খরুং
ঈমায় চোম্না খিনলিবনি
লাইজা ঈথৌ লাংলবিগনি
য়াংদৌ লমশাং শিংলকপগা
হৈরাং নাহে চনবগী
চাদ থক্ত নোংনে
তরা হুইদোম লাংলগনি
লাইজা থবলো লাউ
হায়না কৌশিল্লে ঈবংলিবীনা।
শিংগুম্বা মী ময়াম অহু
কোরেক পায়হুনা লাইজা
ঈশিং কন্দুনা থরুরে।
নারাশিংহুনা থক্কে হায়হুনা
কোরেক পায়রুবদদি
থকুংনদি রাংবনিনা
নারানদি নেম্বনিনা লাম্বা ফংদহুনা
লাইজনদি ঈথৌ লাং
থরুংগী মপুক্তা শকপা
লাইজা ঈশিংদো লেরুরে
থরুংগী মরেক হাপ্পগী অহকপনা
লৈতোন তকখায়হুনা ঈথেং তাবনা

খরুংদো ঈঙাঙ পাকতক্না
ঈমু পামফেন্নরকলবদা
অহনশিংত্থনা কন্দুনা পীথবলে।
অহুদগী হাওরৈ খা পাংনা খোঙ্‌দাইব.রু
লুরাংলৈগা শিংথা তুবেনগা
তুরেন অনী তিন্নবা মফম
মরম লমলেন নম্বুল লান্দুনা
খোঙহাম পাৎতা উত্তি লুরে
শমখোঙ শময়া শেংলে
চেঙহী শম্বান লাংলে
ঈরু মায়থাজনরে
হৈরু থক্তা ফি ফৌনবে
লমশা পাকলৈ থিল্লে
মশা মশা শেংদোক্লরে
অত্থদগী শিংগুম্বা মীযানদো
মকোক মরু হাৎতুনা
সুংশেল খোঙদারে

# লীংজেন খাবী মৈতৈ চন্নু

ইমা লৈমরেন শিদবী
কাজাও ম্নাবী ইমানা
নমু তাইবং পুংদা
খুমন লৈতোনবগী মপাক্নি
চালাম্বা পলেম পম্বৌ
শেংনা খাইনা কায়না
মিংথ্যেং কারনদবনা
পম্বৌ চেংলৌ খঙলোইদোরে
ইমোইন্নু অহোঙবী ইমানা
পম্বৌগী চেংলৌ খঙহনগে
ম্নারৌ শঙাই ঙইদুনা
খুমন পুংদা খোঙদাখিযে।

মৈতৈ চন্নু পিয়াইন্নু
খুমন ক্নাকপা নিংথৌগী
তালোয়শীংদা চল্লিঙৈ
খুমন লৈতোনবগী খুদোল হৈ
পিয়াইন্নুগী খোম্লজী খাদা
হৈরাং হৈরু পনখিবা
তাউজীংনা মালেম ফাওদ্রিঙৈ
চীংঙ্গবা মাগী নোংদমখোন
ব্রাখল অনী ফাংদবী
পুক্নীং অনী লোঙদবী
পিয়াইন্নু চিংনা পরৈ হুক

নুয়া মাবু তাঙ্খোকথিয়ে
খুমন লিংখৌনা খুমন পুংদগী।

মপু মাগী নোংদমখোন
.মৈতে পুংদা লৈরবদা
পিয়াইমু পিবুকহুংগী খুদোল
মপারি অমা ফংজরে
মপারি মাগী কোলোয়দি
চালাম্বা হায়না মিংথোল্লি
পারি চাউবা লেপফারে
পারি শাংবা লেপতমলে।
মপারি ইবুংঙো চালাম্বা
পলেম নাক্তা চঙজরে
হাদা পলেম ইবেম্মা
নপারি লাইবক চাউবনা
ঙসি কৌবা কোরৌদা
য়ারৌ শাফাবা চৎচগে
খোঙলৌ পল্লৌ পীবিনু
পলেম খুয়াখাদা নোনজেদো।
পলেম মমা ইবেম্মানা
পারি ইবুংঙো লুংশিবা
কোরৌচুপ্পা শাফা থাঙম তানবদা
নোংপোক হারম শাংবা লম
কোরৌহনবা নোংথৌরেন
মালেম অঙানবা য়াকায়পুং
শেলোই ভকুপ পোইরৈ চীং

শেন্নজীং চীংদি চীংন্নুংপোক
খোইয়ুম নোংপোক অন্নিবা
লাইনিংথৌনা পানফবিবা লম
পান্নি ইবুংঙো খোঙদারুগন্নু
ইমাগী য়াৱা চানৌকো।

মপাবিদি চালাম্বা ইবুংঙো
শাফি লানফি খাওম্বা
তারোন তাদিনা পায়দনা
য়ারৌ শাঙাই তাল্লকপা
য়ারৌ শাদি শঙাইদো
নোংপোক পাংনা চেল্লকপা
খুমন কাকপা লৈতোনবগী
মরানম্নায়দা চঙথ্রবদা
পংলেম মমা ইবেম্মানা
নোংপোক হারম খোঙদারুগন্নু
তাকপীবকপদি কবি ম্নুংগীনো
নোংদম থৌদাং য়েংবদা
য়ারৌ শাঙাই শাত্নবে
খুমন কাকপা লৈতোনবনা
নমুনাপোং খোইয়ুম কনানো
ইরান চাইগোইম্নুংদগী
য়ারৌ শাঙাই ফাবদি
য়াইবী থৱায় মাঙনীংব্রবা
নয়ুম নরানম্নায়দা হুনজহৌ
শাঙাই পুখিবা য়ারোই

খবাক চুংওইনা পাম্বোম তাওইনা
অঙাং ময়াইবী লোগে লৈরম্মো
চিঙ্গোইখিদো খুমন কাকপনা।

চলাম্বদি মপারি ইবুংঙো
যান্না তন্না পাওখুমজরকই
হা পম্বৌ মানবা ইপাও
নপাবি নহা চাউদ্রিবা ঐনা
কোরৌ চুপ্পা তানজরকপা শাঙাইনে,
পম্বৌ নখোঙ খুয়া খাদা
ঙকশম তোংদম ফিয়েৎনা
ইযা নাপি তিঙ্গোই চীক
খুকউ শনশা লৈদাকুন
শাঙাই নিজবিয়ে ননাইনা।

যাল্লা অচু তাবদা
চিঙ্গোইরিবকই খুমন নিংথৌ
পারি ইবুংঙো নুংশিবা
লৈবাং মদম মানবা নঙবো
পলেম কনানা পোকপনো
পাবি চেংলৌ উরগা
থম্মোয লকা নুংসে
খাম্বী মৈহৌরে পারি
ইপাম্মী ভুখোঙ তোংশাদা
পামেল মপাল শাগুম্মে।
কোলোই নপাউ শেংঙুগবা
প্যারি নওগী শাঙাইসে

তেৰপী কায়না পীয়ুরা
য়েনখোঙ কায়না পীযুবা
তরেৎ শেনজা পীয়ুরা
পারি হায়য়ুগবা ইপাদা।
পাউথুমজরকই চালাম্বা
ইপা ইবুংঙো পস্থৌ মানবও
শেনজা ওকলে পামজদে
নপারি ঐদি পস্থৌ খাইনা মচানে
পলেম য়াথং লৌজরুখিগে
ৱাহৈ অ,সি হাযবগা
শমু মায়বু ওনখিদো চলাম্বা।
পলেম মমাগী থুযা খাদা
তেংথাজরুবে চলাম্বদি মপাবি '

পলেম পিয়াইন্নু মমানা
পারি ইবুংঙো ন্নুংশিবা
শংলৌ মথেল ঙন্না লাঙ
য়াবৌ শাফা খোঙদোইরুবৰু
য়ারৌ কয়া শাফাবকপগে
কোলোই নপাউ তম্মোলাউ
পাবি ইবুংঙো ন্নুংশিবা
ইমাদা তম্মো লাউ।
চালাম্বদি মপাবিনা
মাঙলমচৎকী মপাউবু তমজরে
পলেম ইবেম্মা নপারি ঐনা
নোংপোক হারম পাংবদা
শাঙাই অমা শাহুরে

মতীক ময়াই চাউবা
খুমন লৈতোনবা নিংথৌনা
অরেং শেনজা পীগে
তেকপী কায়না পীগে
ফাঙৌরে য়ারৌ শাঙাইদো
পলেমগী নয়াথং লৌজগে
নপারি লাকচবনি ইমাও।

মপারি য়ারা তাবদা
চালাম্বা পোকপী পিয়াইনু
খুমন কাকপা মকাদা
মাঙলমচৎকী মরালবু
তেমশিংনরগে পায়মন্নুংদা খনখরে
য়ারা চিঙোই পাউমেল্লকই
পারি ইবুংঙো চালাম্বা
খুমন কাকপা মকাদা
কোলোই অম্নম চিংঙোইয়ু
ইহান হানবদা রাশকহল্লু
ইচানা পাম্বতা পীগে হায়না।
রাশক্লবা মতুংদা হায়গদবদি
শাঙাই পীগে পীবিয়ু
পীরোই হায়বা লৈরগা
নিংথৌ শঙ্গাই নুংদা
ইমোইনু অহোঙবী হায়বী
লাইরেম্বী হন্নুবী অমা লৈবনি
পারি হন্নুবীদু পীয়ু নিরকউ

হন্নুবীহু মীচম নত্তেকো
লাইরেম্বীনি চাক্লু লনকুবিনি ।
ইমা হন্নুবী অহুবু মৈতৈ পুংদা
পুরকপা ওন্নবদি পারি ইবুংঙো
মৈতৈ লৈবাক চাকহোঙ ঙাহোঙগনি
শোয়দনা পুরকউকো ইবুংঙো ।
পলেম য়াথং পুহুনা
পাবি চালাম্বা খোঙরাইবক্লে
খুমন নিংথৌ মকা তম ।

খুমন নিংথৌ ক্বাকপা
মপারি উবমক্তদা চিঙ্গোইবিরকই
ইচানা পাম্বদা পীগে
ৰাশক পন্দোল লোমখি ।
মবেনথৌ ইমোইন্নু অহোঙবীবু
নিজবক্লে চলাম্বা মপাবিনা ।
ৰাশক পন্দোল লোমখিবনা
পীদবা য়াদাহুনা পীখিদো ।
ইমোইন্নু অহোঙবী খুমনপুংদগী
কংলৈ পুংদা যৌখিদা ।
মপাঙ্গল মথৌনা লৈববা
মতীক মঙাল চাউরবা
খুমন ক্বাকপা অথৌবা
তাংজ ফিরুক খুমখিদো
লিংজেন খাবী লৌশিং লৈবী
পাঙ্গল শোনবী মৈতৈ চন্নু
মৈতৈ চন্নু পিয়াইন্নু মকাদা ।

# শিঙেল থম্বাল উথম্বাল

লোইবী চীংগী চীংমায়দা
চীংগু থাংজীং থুভমদা
তলা পামেল অমদা
লৈরাং অনী থাব্রাংনা শাৎলম্মী
ইবুধৌ থাংজীং ময়াথং
তাকপীখি শিঙেল অমনা
থাংজীং থুভমদা শাৎহৌরসন্নু
লৈরাং অমনা মোইরাং
লাইজ তুরেল্লু মবীন্দা
পাক্লা শন্না শাৎলুরসন্নু।

মোইরাং থাংজীং কুমগী
কুমদমলকপদা লাইজ ঈবোয়ননা
লৈরাং লৈচা অমদি
মোইরাং তুরেল্লু মরীন্দা
তাউথখরে শিঙেল লৈচাদো
লৈরাং লৈশাৎ তমলুনবা
কেগে কংলৈ লাইজকোন্দা
অমনা লোইবী চীংগী চীংমাযদা
পামেল উপালদা শাৎহৌই।

মোইরাং শনজেম্নচাশিংনা
কাওরেন শনবু শেনবদা
লাইজ ঈখৌ লাংহ্নুনা

ইমু ময়োল শংপদা
কেগে তুরেল্লুসী ঈমায়থক
তাউথরকই শিঙেলবু উখি।
তাউজীং হৈনি খঙদে
শিঙেল লৈনি খঙদে
তাউবিসিবু করিনো লোকই।
শনজেন্নহাশিং অহুনা য়েংনৈ
অমগা অমগা করিনো করিনো।
শিন্নে শিঙেল লৈরাংহুবু
খুনগী অহন ওইবশিংদা।
খুনগী অহলশিংনা কৎলি
মোইবাং নিংথৌ পোংলেনহনবদা।

হৈশক লৈশক খঙদবনা
মাঙহনগন্নুসি হায়না ৰাচানা
মপু কংলা ঈশাযফু
কোন্দা থমলে লৈরাংদো।
মতম থর লৈরবদা
মপু মোইরাং নিংথৌনা
চিঙ্গোইখি মদাইরেমশিংদা
ইদাইবেম অঙম্বশা নহাননোং
কংলা ঈশায়ফু মন্নুংদা
থমখিবা পোৎশক অহুবু
কেগে মফম কদাইদনো
মোইরাং লমদম কদোমদনো
মফম চানা শেম্মুরো

লৈরাং মাবু থারুরো।
কেগে মপুগী মদাইরেমশিংনা
মোইরাং লোক্তাক লাইখুপাংতা
শিঙেল মাবু থারুরে।
শিকনাং তাংদা চুম্বনা
নেম্বী ফৈরোই খাহুনা
লৈরাং মাবু লৈথারম্মে।
য়াবা অরিবনা থাগাথা
লোইদাম অনৌবনা থক্কথোং
য়াবা লোইদাম থানা
মকুম মথা ওইরকপগী
ইঙা কুমদমলক ইঙেন কুমথাইরক
হঙোই কোন্দে নূরাবীনা
লৈরাই শৈশক তোয়রক্লবদা
মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা
কেগে ইদাইরেমশিং অঙম্বা
নহান লোইদাম মমাঙথাদা
মোইরাং তুরেল্লু ঈমায়থক্তুই
হৈনি খঙদবা লৈনি খঙদবা
পোংশক অহুবু থাখিবরা
মাঙগ্রবরা ইপুখোই হংবিরকই।
হৌখি হৌখিদে খঙদবনা
পোংশক অহুবু থিবা
মোইরাং অহন ময়াম
বাকগৈ হিগু তোংহুনা
তোংজেং নৌ পায়হুনা

কেগে মমুং মুংজেং পাং
তমলকখি মুংজেং লাইথুপাং
কেগে মোইরাং লাইথুপাং
লোক্তাক লাইজ ঈপাকথক
শিঙেল মনানা ইশং-শং
লৈরাং মপান্না ইঙাং-ঙাং
শাংলম্বন্বু থেংনক্লরে অহলশিং।
করি ওইবগী মফজনো
করি ওইবগী মহুংশিনো
শিঙেল মাবু হেক্তুনা পুরক্লে
মপু মোইরাং নিংথৌগী
থুংতা খুংশিন্নরে লৈরাংদো।
ইবুধৌ থাংজীং লাইদা
কংতবা য়াদে ইপুখোই
মোইরাং নিংথৌনা লৈরাং মাবু
থাংজীং খুয়াখাদা কংলে।
তাউজীং হৈরাংনি খঙদবা
শিঙেল লৈরাংনি খঙদবা
লৈরাংলা হৈরাংলা মিংথোল্লসি
ইপু মোরী মাইবা কৌরুরো
মপু য়াথং তাকপীরে।

মোইরাং মোরি মাইবা
কেগে মাইবা অমাইবা ইপুও
লৈরাং কোলোই মিংথোনবিরো
তাকপীরকলে কেগে নিংথৌনা।

ইপু যোরি মাইবনা
ঈশাইকু কোন্দা থম্মী হায়বনী
থম্বাল হায়বা কোলোইরে।
মালেম লাইজদা শাংপনা
লৈরাং থম্বাল মিংথোনখিয়ে।
চীংগী পামেল উপান্দা শাংপনা
শিঙেল উথম্বাল কোলোইখিয়ে।
হয়েং পোইরৈ চাদোয়ং
বাঙম গুদোয়ংদা
কেগে কংলৈ লাইজকোন্দা
শিঙেল থম্বাল অঙাংবা
লৈরাং অঙাংবতা শাংসনুকো
চীংঙুবা থাংজীংনা তম্বিখিয়ে॥

# ইমোইনু অহোঙবী

মালেম তাইবংপানদ লৈরিবা
নমু পোংবুম খুদিংনা
ইমোইনু অহোঙবী ঐগী
চিঙ্গোই য়াবা পাউমেনসে
পায়মা তিল্লাং খয়োংনা
পূক্নীং খোযজঙনা তাউকো।

ইমোইনু অহোঙবী ঐনা
মালেম থুঙ্গং কোযনা চৎ
তরেৎ শেনজা যেনবা
অচান মীবায নাইবমদে
নমু তাইবং পানবদা
মানা মানা তৌজমনগী মহযবু
তাইবং মানা ফংজবনি।
নমুপোং ওইবশিংনা
পাংশোই নাইনা পানবদি
তাইবং লীচৎ মীরমখোল
শমু মিৎ থোঙথিংবনা
যা পোবোন নাইদবনা
মানা মানা তৌজমনগী মহযনা
পাংশোই নাইনা পানবনে।

নমু পোংহনবশিংনা
কোরৌ নোংজা খুদিংবু
শঙ্গাইনুংদা পূক্নীং রারৈচেন

পায়মা হকশোক লাংলবা
পামেল উফাল অকায়রবদা
যমনা তায়া হুক্লবা
মুমিদাং ইনুং যাচংবদা
শমু মিংয়েং নাওগুল্লবা
মোনু মুজা মগোও কায়কপীবু
পাঙ্গল খুংঙম থীনা
হৈরাং শংনা চাববা
শিঙেল নাহুইদোংনা
পামেল উমং ঙান্না
লৈশাং তমলিদি হায়ববু
লৈরাং লৈনম যাওদবনা
শিঙেল লৈথানদবগুম্বনে
মোংবা মবাল যাইদো
ইমোইনু অহোঙবী ঐনা
থৌজাল লন কুবিরমদেযে।

তবা লুকথোং হুক
মথেল লুকোই চা
লাইজা চিনতেং ঈবু
তাংজা লুরেন তোন্দা
শমলাং থাওতৈনবগুম তৈববা
শমু হকচাংদা শেংলিবা
চবৈ নমথাংনা তৈথোক্লবা
যোইময়াই লাইরেন তাউদনবা
থবীনা মযুম চঙ

হুমিদাং ইন্নুং ওইরগা
থাম্বী মৈবু মুৎনা
থোমলেন নাওশুন্নবা
ইমোইন্নু অহোঙবী ঐনা
থৌজাল লন কুবিরমদেয়ে।

লেমলৈ ঙাচাম চেঙজাম ঈরুক
শমু থোঙশেং ঈবু
থেলোং য়াইদা ঈচায়নরবা
হুমিদাং মৈবা মুৎনা
তরা লুকথোং হুরুবা
তরা লুকথোং চারিঙৈ
নোইন্নু থুমফু শোরুবা
লেমলৈ ঙারুক হুন্নবা
চেঙফু পায়রবা নম্নুশিংদো
ইমোইন্নু অহোঙবী ঐনা
মিৎয়েং শানথৈরমদেয়ে।

মোন্নু তালোই ওইবীনা
তারা লুক থোংলিঙৈ
শংলৌ মথেল হেক্রুবা
চরৈ অচোৎপা ফিশুমদা
মোংবা শঙলেন চঙলবা
য়াংগেন মথৌ লাংলগা
লাইজা ঈশেংদরবা
ইমোইন্নু অহোঙবী ঐনা

পায়মা খোয়জংলূদেয়ে
চাক্ লনকুবিয়মদেয়ে।

পায়মা লক্ষৈ চংতবী
মিংয়েং কারম্মদবী
উনবী পুক্লীং চুম্বী মুজা
মথংলেনবু খোইযুম ওইনা থৌগনবী
নাকোং ৱাফৈ তাদবী
চেংলৌ শকপানথোঙবু
মকা থোকনা ফোঙদবী
পূক্লীং লৈচন চেংপী
মোন্থু য়ারা মখোনথোক্লা
চীংশাং খোইবেন হীগুম্বী
মোংবা মৱান য়াইহ্নদদি
ইমোইন্থ অহোঙবী ঐনা
চাক্ লনকুবিয়ম্মে।

মোন্থ পুক্লীং লুবী
চরৈ মোংনা শেংতবী
খ্বাংচেং নীংফম নাইদবী
মোন্থু শমু হকচাংবু
মুরা কুয়োন পক্তবী
তম্বা মীরান মায়োক্তা
উনবী পুক্লীং ঈংনা
মোংবা য়ুমলেন য়াঙ্গোইবী
কৈরোয় লাম্না মৈথাং জৌদবী

তরেৎ শেঙ্গাওনুংগী শেনজাবু
শেলকোক থংনা শেল্লুবী
লোইমোম ফৌকৈন্নুংগী মফৌবু
নমু মীয়ান কনাদা
মথুৎনা ফংনা লৌহন্দবা
য়ুমলৈমা লমচৎ কায়দবী
ইমোইন্নু ঐবু নীংবশিংদদি
ইমোইন্নু অহোঙবী ঐনা
চাক্ক লনকুবিরম্মে।

নমু তাইবং মীওইবা
নোংলেন অয়ুক য়াকাইরকপদা
কাংথোল পাবলথক্তা ফমনা
হয়ি মিংলেন শোল্লবা
অহীং খোমলেন তাল্লুবগী
তাংজা শমলাং ফারম্ববু
শিৎনা নান্না ফিরৈ নাম্থোকপবু
চরৈ ফিজি খোম্লবা
অহীং মিৎয়েং নাওশুম্মুবগী
য়াখল লৈচঙ তানা
নিংশা চনীং হোল্লগা
মালেমদা শমু খোঙনা নেংত্রিবৈ
থুংশানা মালেম লৈমায় শোক্লগা
তাইবং শমু হকচাংগী
লাইবক খেলাই থোঙদা
ইমা লৈশিরেন লৈপুনবী

মালেম শিদবীবু পুরুমজরগা
শমু নাতোন অনীমক্কী
নিংশা লৈবা মায়কৈদা
উনবী নিংশা চিংশিল্লগা
নাতোন হোবা মায়কৈঙ্গী
খোঙনা হান্না থাংনা
হুয়ি মিংলেন শোন্না
শমু খোঙবাইরগা
মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাং য়ৌরগা
কোবৌ অঙানববু পুরুমজরবদি
য়াইফ মতয় ফংজৈয়ে
ইমোইন্নু অহোঙবী ঐনা
থৌজাল লন কুবিয়ে।

নোংলেন অয়ুক য়াকাইরকপদা
মোংবা মশঙ শঙলেনবু
বাইশিং লমশেং লোইরগা
চিনফু মায়তেং লোইরগা
অয়ুক পুংজা পুবা
খোইয়ুম শিদবা মপুদা
লাইজা ঈশিং অথলবা
হৈরাং লৈরাং কং
থাম্বী মৈত্রেং ওকচরগা
শিন্থা পাঙজবা তাইবংদি
ইমোইন্নু অহোঙবী ঐনা
থৌজাল লন কুবিয়ে।

মোংবা কাজাউ সুংগী
ফুঙ্গা মকোকপু চঙহৈদে
চিংঙু শিদবা অহুম্মা
ফুঙ্গা সুংতুম শানা
মোংবা য়ুমলেন পুরিবা
য়োংশবী ফানখোঙ অহুম্বু
শমু খোঙনা শোকহৈদে
লীচং অসি খঙনা
ফুঙ্গা মৈরা হৌরগা
তারা চেঙজেল হৈনা
খাম্বী মৈবু লাংচবশিংদি
তাইবং পুন্সী লমদাং শাংনা
ইমোইনু অহোঙবী ঐনা
সুংঙাই য়াইফবু কুবিরম্মে
চাক্কু লনকুবিরম্মে।

হে নমুপোং ওইবা তাইবং
ইমোইনু অহোঙবী ঐবু
ঈরাং থৌনিগে হায়রবদি
কুরু অহুমবু হান্না ঈরাংলো
কুরু অহুম অহুদি
লুবাং মঙাঙ খুমননে।
ইমোইনু অহোঙবী ঐদি
লুবাংদা য়াতাইয়ে মঙাঙদা য়াহিপ্লে
খুমন পুংদনা য়ারেকপনে
ইমোইনু ঐদি চাক্কুবিনে লনকুবিনে।

ঐগী শাইওনদি ঙাস্নে·
ঈন্নাই· চৈমনে, ইচুম লাইমেশ্বীনে
ফৌওইবীনে, লাইখুরেম্বীনে
পাম্হৈইবীনে, নোংদোন লাইবেম্বীনে
নোংথাং লৈমনে, খোঙাকলৈমনে
ইমা লৈমরেন শিদবীনে খঙজো।
ইমোইন্নু অঙোঙবী ঐদি
তরেৎ শেনমুংদা লম্লৈমনে
লোইমোম ফৌকৈন্নুং ফৌওইবীনে
লেমলৈ ঙাক্নককোন্দা ঙারৈমনে
লাইজা ঈরোমুংদা ঈরৈমনে
হুইয়েন লানফমদা লাম্লৈমনে
নোইন্নু থুমখোংদা থুমলৈমনে
মশিল শিন্দমশঙদা শিল্লৈমনে
তাইবং চাকুবিনে লনকুবিনে
তাইবং নঙনা খঙজো॥

# অথম লাইরেম্বীনা তাইবং শাইওনখিবা

উমংলাইগীদি অহল ওইবা
ফমলেন ঙাকপা লাইনা
লাইগী থৌরম লোইরে
তাইবংগী থৌরম হৌরগে
অশি খোঙদা লৈবা
তাইবংনা খম্বদা থৌপুরিবা
ৱায়েল পুংদা মপু ওইবা
মাগী তালোই অতোম্বী
অথম লাইরেম্বী অসে
নমু তাইবংপুংদা পুরগে
তাইবংগী অপাম্বা মুংশিবা
শালাই তরেৎকী থৌরমসে
থৌশিল অহানবা হৌরগে
থাংজীং লাইনা খনখরে
অথম লাইরেম্বী ইবেম্মনা
ইবুংঙো অশিখোঙগী মপু
ননাইনা নঙোন্দা কোলোই
ইপাও অমতং থৌনিজগে
তাইবং পানবা হায়বসে
য়াম্না নুংঙাই হায়নৈনে
ননাই ঐ অমুক্তা পোকচরুগে
ইবুংঙো নঙনা থৌজানবিয়ু।
অশিখোঙগী মবুংঙোনা হায়বকই
ইবেম্মা লাইরেম্বী হায়গন্নু

নওবুদি ঐনা থাদোকপা গুম্মোই
তাইবংপানবা হায়বা অহুদি
তরুং মালংনি অওইবা চংতবা
কৈখেল কাবা চংখিবনি
সিদামুক লোইনা হল্লকদবনি।
তাইবং পানবা মপু ইবুংঙোনা
কুমহৈ ওইগে হায়দনা
অমুক কুংঙাইহনগে অমুক খাহনগে
শিনবা শায়বা থৌরমনিনে ইবেম্মা
মহুদা নও চংপা য়ারোই।
অথম লাইরেম্বীনা থুমলকই
ননাই ঐবু কুংশিবিয়ু
অমুক্তদি তাইবংদা পোকচরুগে
ননাই ঐনা নিজয়কলিবসে
চহী কুমজা তরানিথোই গুরে
চানবিবা য়ারেনা ইবুংঙো।
খায়েন মপুনা হায়বিরকই
লাইরেম্বী ইবেম্মা, করে অহুমঙাইরে
নও তাইবং পানবদা চংলো।
নওনা চংলবদি লৈ পাম্বীসে
অঙৌবা পাম্বী অসিমা
তংথায় অমা শেংলগে
তংথায় অমনা নও পুরো
তংথায় অমনা লাইরৈবাক্তা থারগে
তংথায় অমনা তাইবংপুংদা থারুরো।
লৈসিনা লৈচু হেক ওল্লরুবদি

লাইরেম্বী নঙগী নবুক হোংঙে
মপু ঐনা য়াদ্রে হায়বসি
নঙ মুল্লা খঙঙোকো
অঙনবা অত্থু হেক উবদা
নঙবু ঐনা লৌরগদবনি
মসি নঙনা কাউবা য়াদে।
নঙনা চঙ্গগদবা তাইবংদি
কেগে মোইরাং লোইজা
নিংঙোল লাকপা হায়বদো
মহাক্কী মকাদা চঙঙ্কো
পলেম নমা ওইগদবদি
শমবী লৈমা কৌবনিকো
মঙোম্দা পলেম ওইযুকো
চৎলো চৎলো তাইবং পুংদা।
মপুগী য়াথং ফংলবদা
অথম লৈমা লাইরেম্বী
তাইবং পুংদা খোঙবাইরক্লে।
মোইরাং চমুরা পাথং লৈশাবী
খারী লৌবুক্তা লো খাপ্পরম্মী
অথম লাইরেম্বী ইবেম্মনা
চিঙ্গোই মপাউ হংজবকই
খোইনৌ ইঁতা চান্নবিখোয়
মোইরাং ইবুং ঙাইবখোয়
ঐবু চিঙ্গোয় ইপাও'মতা হংজগে।
লোইজা লেম্বনা পাউখুম্মী
করিনো কোলোইযু ইচন মানবী।

কেগে ইবুং ঙাইবা তাবরা
মোইরাং নৈবাক অসিদা
লোইজা নিংঙোল লাকপা হায়বদো
খঙবিবরা ইবুং ঙাইবা নঙবো।
লোইজা লেম্বনা খুমথি
খঙভি খঙভি ইবেম্মা
আদা মনীং খংবসিদা
পামেল অরাংবা উরিবসে
মসিগী অরাংথংবা খোজালদো
লোইজা নিঙোল লাকপগী ময়ুমনি
চৎলো চৎলো অত্তুদা নৈরম্ম
ইবুংথোয় মুমিদাং লাকেকো।

অথম লাইরেম্বী অদো
লোইজা নিংঙোল লাকপগী
ময়ুম মরান্দা চঙখরে।
মুমিদাং তাংলৌ অখেঙবদা
লোইজা লেম্বদো লাকই
ইপল ইবুংঙো পাখৌ অঙম্বা
পম্মৌ নঙগী নয়ুম নরানসিদা
চম্মু নিঙোল অমথক
চঙখিবা অত্তুবো য়ৌরকপরা
ইপাগী য়ুম অসিদা চঙখিনে।
লোইজা নিংঙোল লাকপনা
কান্নি য়ানো পান্নি ইবুংঙো
ঐগীদা কনা অমতা লাক্কেনা

নঙনা হায়রিবসি ইপাদি ঙকইদা।
লোইজা লেম্বনা মথা তারকই
যজখরেদা লৈশাবী অদো
পম্বৌ কনানা পোকপনো
পলেম কনাগী মমোমনো
পায়মা থৈনা খঙনীংথ্রেদা
চন্নু নিংঙোল অচুনা
ইপাবু যাম্মা মুন্না খঙডিনে।
অসুম্না অখম লাইরেম্বী
তাইবং মপোক্তা শাইগনখিয়ে।

# খোইয়ুম লাইনিংথৌ অশিবা

খোয়য়ুম য়াইবীরেল শিদবা
তরং থক্তা ছিহোনবা
মদোম তরক লৈবদি
চীংঙু পুক্লীং মুংওল্লি
তাইবং কুমহৈ শান্নরগে
পায়মা মুংদা খনবনা
খোইয়ুম খোইমোম পুথোকলে
কোরৌ নোংসু শেমখরে
মালেম লৈসু শেমখবে
নুমিৎ থাসু থোকহল্লে
অমন অঙান খায়বিবে
নমু তাইবং পোংলিংলে
শাসু ঙাসু উচেকসু
মশীং ব্রাৎতা শেম্লকলে
তাইবং কুমহৈ য়েংলগে
পায়মা মুংদা খন্দুনা
য়াইবীরেনদি শিদবা
কোলোই য়াথং লাউজখিয়ে।

পারি অছুমক তারোদো
কোরৌ নোংখোঙ কোয়রক্রো
মালেম লৈখোঙ কোয়রকরো
তাইবং কোয়বা হানবা
পাউদম হানবা পারিদা

নোংদম মউ শকথঙবা
পিবা লুচিং তাক্লগে
পারি অহুম থোঙশাল্লো।

অতিয়াদি শিদবা মপু
কোয়ৌ ময়োল কোয়খবে।
অশিবদি লাইনিংথৌ
মশানৌ কোঞ্জিল হৌরকলে
পস্থৌ য়াথং লুদা থোং
তেংবানববু কোইরুসি
হৌকম থুংফম থিরুসি
মশানৌ মাবু হৌজবা
মশানৌ থোমদোন অতোনবা
কোঞ্জিল তুথোকপা মহাক্লা
হোইয়াবদি লৈখিদে।
মশাবীদি থোইযুম অশিবা
কোয়ৌ নোংখোং কোইরুগে
মালেম তরেৎলক হল্লুগে
পায়মা লুংদা থনবনা
থোঙশাল্লকলে অশিবা
লেপ্তনা অম্মুম লাকপনা
মালেম তরেৎলক হনখয়ে
পস্থৌ কাদা চঙহনা
পাউদমল্লুগে থনবনা
চঙশিল্লকলে অশিবা।

অশোমদনা কমদৌরি

খোইয়ুম চীংগু অশিবনা
মালেম নোংখোঙ কোইখ্রিবৈ
পাখংবা পলেম মমা লৈমরেন
পাউতাক খোনগীদমকপু
পম্বৌ ফানখোঙ তরেৎলক কোয়
য়াইবীরেলগী মকাদা নিংথৌনা
ফমথরেদো ফম্বালদা।
মশাবী খোইয়ুম অশিবা
নোংখোঙ কোইবা লোইথনা
পম্বৌ ফম্বাল মায়কৈ তম
চঙশিল্লকপা বাংলেন্দা
পাখংবদি ইবুংঙো
পূক্লীং অকি তুজুংনৈ
মশাবী মায়কৈ তমত্থনা
য়াৱা খোঞ্জেল নিক্লবু
খুরুমজখিদো পাখংবা
মশানৌ মতৌ উবদা
অশিবদি লাইনিংথৌ
অশাও থাম্বী মৈহৌরে
পাখংববু হাৎলগে
পায়মা মুংদা থন্দুনা
খোইয়ুম কামজাও হুল্লক্লে
মশানৌ মকা তমলকলে।
বাংলেন অত্থ মক্তুদা
পম্বৌ ফানখোঙমুংদগী
লাইরেম্বী নিপাল চোংথোরক্লে

ঔগ্রি লীরোল শকলকলে
লাইনিংথৌদি অশিবা পম্থৌনা
থেম্বদা হোই য়াখিদে।
ঋাংলেন অসিমক্তদা
লৈমরেনদি শিদবী
থোইয়ুম নাক্তা লাক্তুনা
অশিবা মাবু থেমজেদো
কপ্পা লাউনা তেংথাবা
লাইনিংথৌ অশিবা খাঙমদা
পলেম য়াব্বা তুংইন্না হোইয়াখি।
লাইনিংথৌ অশিবা
তাইবং যমথোঙ খুদিংদা
কাজাও য়ানা লৈজখি।
অয়ুক চবা নোংদম্না
সুমিদাং চন্না নোংখাইনা
মপাবি মমোম কোনজখি
নমু যুমথোঙ খুদিংদা
লাইনিংথৌ ওইনা পানখিদো।

# ইমুংবুঙদা ওংখিবী মুজাওদ

কংলৈপুংগীদি থাবম পাংবদা
কোরৌনা তাম্বা চীংদোন
লোইবীনা ঙনবা খুল্লেন
অনাল খুল্লাকপা মশাইগোন
খুল্লাকপই ইংখোল চাইগোয়মুং
তাঙনা শাৎপী শিঙেল
হাদ নূবা শঙমু শকহেনবী
পঙ্গৌ মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাং
নূবা খুংতি তনৌবী
থাউশুক খুতুম চেৎনা পায়
হা হৈ, হা হৈ, হা হৈয়া
নূবা মানা শিন্থাবা
য়েংবগী পেনবা নাইদেদো
মমোন লাংলেন শকহেনবী।
পঙ্গৌ অনাল খুল্লাকপা
উফাল থক্তা ফমদেংনা
শঙাই য়াইনম থুংতা পায়
শিন্থাবিদো খুল্লাকপা মাস্থু।
খুল্লাকপগীদি মমোমলোয়
শিল্লম শিন্থা খঙবী
মমোম লাংলেন চরৈহল
মুন্না মুন্না য়েংজৈদো
নূরা পোকপা পঙ্গৌনা।

চীংঙ্‌বা মাগী নোংদমখোন
ৱাংলেন পুংফমসিমক্তদা
লাইজা নিংথৌ ৱাংমরেন
লোইরোই লোইরোই হায়গৎলকই
অনাল খুল্লেন খুনদোন তম।
পুনখরবা লৈপুলনি য়োমখরবা খয়োমনি
লাইজনিংথৌ ৱাংমরেন থুংলরে
অনাল খুল্লাকপগী মশুমাঙমক্তদা।
তাউবা হুইদি হুইথৌদো
খুল্লাকপা নাক্তা কুল্লম্বা
হৌনা হৌনা খোংলকই
লমলানবা লাক্লে পাউতাকপা।
তাউবা হুইখোন তাবদা
খুল্লাকপা মিৎয়েং শানখৈরকইদো
উরুরে মাঙদা লেপলম্বা
উনা পুংবা পামেল উজাওগুম
মরীক চুন্না পানবা উহয়গুম
ইন্নুং য়োইময়াই মালেম অঙানবা
নোংমদোন ঙানবা কোরৌগুম
উবমক্তদা খুল্লাকপা তুজুংত্তি
খোঙদগী তোন ফাওবা।
খনখি পায়মা উনগোয়ন্নুং
পারি মদম মানবা তম্বসিবো
করি খুন্দগী খুল্লানবা
ঐগী ইরান্দা থুংলবা
তম্বা পাখংসিবু উরগা

পুক্নীং তুজুং পোকলিবা করিল্লুং।
মমোম লাংলেন শংলু
লুজা থম্মোয় লকানুং
পাখং থম্মোয় তেজা পান
থম্মোয় লাইমুম কায়খরে
তম্বা মাগা লুংশি মিংচানা
থম্মোয় থম্মোয়দি লাম্হোক্লগ্রবনি
পানগীদা মঙাইরবনি।

কোয়ৌশুম মঙান চাউরবা
তম্বা পাখং অছুদা খুল্লাকপনা
শংত্রিক য়েংলগা লাউরকই
হায়রুদা তম্বা পাখং নঙবো
পারি মদম মানবা ইবুংঙো
পম্হৌ কনাগী মপারিনো
পলেম কনানা পোকপনো
করিখুনদগী খুল্লানবা
মোংবা ইরাঙ্গা খোঙয়াইরকপা
কোলোই নপাউ শেংনা তম্মু।
য়াবা ফিগৈ শেংত্ররবদি
ঐগী ইথুংগু থাঙলেনসি
উদবরহৈ তম্বা নহা পাখং
খুল্লাকপগী কোলোই য়াবা তাবদা
খোইমুম বাংমরেম্মা নোক্লুনা খুমখি।
পম্হৌ মদম মানবা ইপাও
নমোম লাংলেন অমা শাংলি

কাউবিরোইদো পম্মো অপোকপা
পাখং ওইবা ঐহাক্না
মুজা ওইবী মকাদা লাকচবা
নোংদম্বা মাগী থৌশিলনি
শাউনিগমুদা অপোকপা
কন্নিগী পায়মা খোয়শাওনবা
নমোম লাংলেন্দা য়াবা পাউহংবিয়ুদো
পম্মো মানবা ইপা ইবুংঙো।
পাখং ওইবা ঐগীদি পায়মা খৈনা
শরী পন্দোন লোমজখরে
নমোম লাংলেন ইবেম্মা
পাখং ইরালয়াইদা পুজখরগে
পম্মো অপোকপা থীনবিরন্নু
নমোম লাংলেন পীবিরো
শমু খুৎনা খুৎশিন্নবিরো।
তম্বা মাগী য়াবা তাবদা
খুল্লাকপা অশাও খাম্বী মৈহৌরে
কোরী কানা ঙাওলবা
মমিং অনী অহুনা মৈহৌগুম
মিংয়েং শানখৈরকই তম্বদা।
কোরৌথক্তা নোংলেন থোংবগুম
ঙংলহুনা লাউরকই খুল্লাকপা
খুল্লাকপা ঐগী কোলোই
তম্বা নঙবু তাদবরহৈ
ঐবু শক খণ্ডদবরা
তাত্রবম্ম তাহৌরো খণ্ডদবস্মু খণ্ডহৌরো

ঐহাকসে অনাল থুম্লাকপনি
ঐগী মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাংদা
ফৌগু শিঙ্গা পায়রিবীসে
ঐগী ইমোম লাংলেন
মুরা শংমু শকহেনবী হায়হুনি।
পাখং নওনা পায়মা খৈনা
ইমোম লাংলেনবু পামজববদি
তু য়েংঙু মাণ্ডদা তারিবা
খোঁচু নৃংজাঙ অচৌবসে
পাখং নওনা খাঙ্গংতুনা
ছুনবমাক্তি তবাইথোকও
মফমদবু লেঙবা ঙমজরবা
অচুওইববদি তম্বা নহা পাখং
ইমোম লাংলেন পুজখো।
শরীববনিহৈ তম্বা লমলানবা।
পন্থো মপাগী য়াম্বা তাবদা
নুবা শমু শকহেনবী
শমু মাগী হকচাংদো
লাইজা ঈশৌ লাংখিদা।
লাইয়াম খিবিক্কী থুয়াখা
মশাবীনা পন্থো শরী ঙাকওম্বা
পীনবিবা পুনেমজখি শানৌনা।
নূবানা রাবহু উবিহুনা
থৌজানবিখি লাইয়াম খিবিক্কা
লাইনিংথৌ খানা চাউবা রাংমবেন
চাউরবা তম্বা নিফু মণ্ডানা লেঙমদ্রবা

খাংঙমত্রবা থৌহু নুংজাওদো
লশিং মকোন পায়বগুম
ইরায় লায়না খাঙংখি
লংখি হুনখি নুরা মশুংলাংগী।
কামজাও 'হুনবা থুল্লাকপা
তাওজা ফিরুক খুমলেদো
মমোম লাংলেন শবী ঙাক্লা
লাইজা নিংথৌ ৱামরেন্দা
পীবা তাখিদো মমোম শংনু।
শরী নাম্মুংখিবদি কায়কদবনা
মমোম লাংলেন শেংনবা তাগ্রে
থুল্লাকপা তাওজা ফিরুক খুম
মরান শঙলেম্নুংদা চঙখিদো।

লাইজনিংথৌ ৱাংমবেন
মশানৌ শংনু নাক্তা লেপ
য়ারা চিঙোই পাউমেল্লকই
ইশানৌ নঙবু মুংশিবী
নিঙোল নশুং লাংগী
শযেং পাম্বোম ঙাম্নরে
পাখং পাঙল চাং য়েংবিরে
নুবা লাইনীং পরৈ চেংপনা
নশাবী ঐনা লানঙমলে
নুরা নঙবু থোঙৱাইরসি
মোংবা ইবান পাংলসিনে।
করিগী পায়মা মুংবংননা লেপলিবা

পম্মৌ য়াথং ফংলবনি
থিল্লগনু নূব্রা নঙবু পাম্মৃবী।

নূব্রা শংনু ইবেম্মা
পায়মা পল্লেপফম লৈখিদে
করি তৌনি থঙখিদে
পলেম মমা অপোকপীদি
ৱাংলেন তানজা অছুদা
মরান শঙলেন য়াইদা লৈতে
কৈথেল কাখি হুলৱাইরক্তি।
পলেম মমা অপোকপীদা
করম্মা পূকমেন পাউমেল্লরমদা
মথংলেন হৈনা তুংইনগনি।
নূব্রা শংনু মঙল মঙল থল্লি
পায়মা পিবুকনুংদা
পলেম ইমানা লুম্বরা
থংলেন মানা হেনবরা।
নুংশি লীচিংনা কনখিবনা
থাঙমখিদে নূবা শংনু শকহেনবী
মথংলেন হৈনা তুংইনখিদা।
পলেম মমা অপোকপীনা
কৈথেল কুমলক্লগা
নূরাগী থোঙ্গুল লীরক্লবা
শানৌগী নমথাং ইনফীমক্কবু
মচেৎ মচেৎ ওইনা শেগায়
থাদরম্মী চংখিবা য়াংদৌ লম্বীদা

শংন্নু পোকপী মমা ইবেম্মানা
মোংবা মরানয়ায় থুংলবদা
মমোম লাংলেন উত্রবদা
নোংলেন খোংবগুম কপখিদো
শংন্নু পোকপী পলেমদো।
পায়মা লৌশিং চাউবী মমোয়া
খুদম থনম্বা মুজা নমখাং
মচেৎ মচেৎ তারম্বদো
থেংনরুরে খুল্লাকপী মমানা।
ফিজেৎ খুল্ল খুল্লত্নুনা
মমোমগী থোঙ্গুল লীবক্লে
শংন্নু পোকপী খুল্লাকপী।
অস্থম্না ফিজেৎ খুন খুনত্নুনা
চেন্না চেন্না লাকপনা
গুগন্ন লাইজা তুরেল অচৌবা
পুরুক শৌবী ঈরেলদা
ফিজেৎ লোইখরে থমখবে।
লাইজা নিংথৌ লাইনিংথৌ
খানা চাউবা ব্বাংমরেন
শংন্নু পোকপী পলেম্না ব্বাবত্নু
খোইযুন মানা উবিরত্নুনা
মুঙথোঙ মাপল হাঙত্নুনা
পলেম মাবু লাইজা ঈরোলম্নুংদা
শমু খুজেং পাল্লোইনা
পুথবিরে খোইয়ুম ব্বাংমরেম্না ।
লাইজ ঈরেল ইমুংবুংদা

মমোম লাংজেন শংস্নুনা
খানা চাউবা বাংমরেনপী
ওইদা ডাম্মোইহনা লৈমরেন
অথোইবী ওইহনা লৈরম্বা
পলেম মানা উজবা
কয়াগী মতীক হয়াওজবা
কয়াপী মতীক পেনজবা
করিগনু পাগবনো খুল্লাকপী
হায়ফম তৌকম খণ্ডখিদে।

শংন্নু পোকপী পলেম য়েংহনা
বাংমরেন্না য়াবা চিঙ্গোইরকই
পলেম ইমা ইবেম্মা
নচানা ইমাগীদমক হায়হনা
করি হাপনীংঙাই লৈজদে
মখুম চেৎনা খুমলিবা উতোংসে
অসিমতা পুবিখো ইমানা
লম্বী লমখাংদা হাংদোকপীগন্নু
পলেম্না নরান শঙলেন য়োৱ
মতমতদা হাংদোকপীয়ুকো ইমা।
অম্নুমা পীখি উতোং মচা অমা।
শংন্নু পোকপী পলেম খুল্লাকপী
ময়ুম মোংবা মরান তমলকই।
য়েংনীংবনা হেনজিন্নক করিনো
উতোংসিনু করিনু য়াওরিবনো
হাংদোকল্লুরে উতোং লমখাংদা

খাম্বা ওমদ, য়েংনীংবদো।
চোংথোরকলে উতোং মন্নুংদগী
ফজরবা চাউরবা শন্দং অমা
থুরুপ থৌ চেনথোকখরে লমহাংদা
তান্নবা ফংখিদরে অমুক।
উমং রামংদা লমশন হায়তুনা
লৈরিবা শন্দংসে ওইখিবরা।
নীংঙমদা অমুক হল্লকলে
ইন্নুংবুংদা রাংমরেন মকাইকাদা
শংন্নু পোকপী পলেম মমাদো।
উতোং অমমুক পীবিরকলে
হন্দক্তি শংন্নু পোকপী পলেমদো
লম্বী লমখাংদা হাংদোক্লবোই লেপখবে
ময়ুম মরানয়াই য়োরকলে
উতোং মথুম শংলে হাংদোকলে
ফজরবা শন্দং অমা চোংথোরকলে
মতুনা যুম য়ুমদা লোইনরিবা
শন্দং অসি ওইখরেদো।
চীংমীগী লুহোং খোঙদোংবদা
মংকং হায়তুনা শন্দং
পীনবিবা অসিবু মসিদগী ওইখিবরা॥

# য়ারৌ শাদি শাদোমপোক

পোইরৈ লৈবাক কংলৈবাক
লোইবীনা চুম্বং খল্লিবী
মরম লমলেনদি লমন্নুংশি
ঈশা মাপল তাল্লোক
লোক্তাক লৈমা মশাইগোন
লোক্তাক পাৎকীদি খারমদা
লোইবী চীংমৈ চীংখোঙদা
নোংপোক পাংবা চীংমায়দা
লাইজ ঈনোৎ ফংবা লম
হৈকল্লা শৌজীন শাবা লম
চল্লাংনা পোমায় তুবা লম
হাজংনা পোপতেক লোনবা লম
লোকলৈনা শনজী শাবা লম
পুল্লৈনা শামা ফাবা লম
লাইজা ঈমায় থক্তুদা
মরা তাদ শরেন ফুম্বীনা
পাকনা শল্লা তাউবা লম
য়ারৌ শাদি শাদোমপোক
য়ারৌ শায়াম চাক্তাফম
লমলেন মাগী কোলোইমিং
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা
থারাপ নাহা লায়রবগা
মবাই কোবাগা অনীমক
য়ারৌ শাথীরকপবু

লোইবী চীংখোঙ তময়াদা
পাম্বা কৈরেন ময়াম্না
পুম্না লৈরম্মী চাক্তারম্মী হায়বগী
কেগেনা মিংখোম্নবা
মোইরাংনা বাহৈনববু
কৈবুঙ্গ লমজাউ মিংথোল্লি।

য়ারৌ শাঙাই য়াম্বীশা
লুরাং নিংথৌ পুন্সীবগী
মশাবী ইবুংঙো মহাক্না
শাঙাই ওইনা ওনখিদো।
কেগে তোর্ব্বুং লমজাউদা
য়ারৌ শাঙাই অমা চাক্তারম্ববু
খোইয়ুম নোংপোক নিংথৌনা
মালেম লম কোয়রকপদা
খোইয়ুম মিংয়েং শানখৈখিয়ে।
খোইয়ুম ঐগী ইয়াথং কায়ফদা
য়ারৌ শাঙাই অমোম নঙদি
নমু তাইবংমী ওইনা
নপাব্রি অমা ফংজহৌরো।
খোইয়ুম য়াথং কায়ফদবনা
য়ারৌ শাঙাইনা মপারি
তাইবং অমা ফংজখিয়ে।

মালেম অসিদা কুরুনা
লৈশেম খুনশেমলকপদা
নমু তাইবং মীনস্থু

য়ারৌ শাঙাই ওনখিদো।
মাঙফদরবা য়ারৌ শাঙাইনস্থু
তাইবং মী পোকখিদো।
কংলৈ পোইরৈ চাদোম্নংদস্থু
হয়েং রাঙম শুদোম্নংদস্থু
নমু তাইবংমীগা য়ারৌ শাঙাইগদি
মৈনা রাই তাংনা শমগনি
তাংনা রাই মৈনা শমগনি।
মালেম লৈকোইন্নুংশিদা
তাইবংনা উবা ফংদ্রবা
তাঙনা লৈববা পাম্মুরবা
য়ারৌ শাদি য়াম্বীশানিকো
মাঙহনবা য়াদে য়ারৌশা।
নমু তাইবংমী ঐখোয়না
অয়ুক্কী ঙাতেক হুল্লদনা
লুমিদাং শঙ্গীক হুল্লদনা
য়ারৌ মাবু য়োকসিকো
লাইজচাদি কম্বোংনা
য়ারৌ মাগী চিন্দম্না
য়াম্বী থরায় হিংহনসিকো
মালেমদা অনী শুদবা
তাঙনা ফংবা শাদোমপোক
য়ারৌ মাবু লুনা থমসিকো
য়ারৌ মাগা তাইবংমীগা
মালেমদা মাঙমিন্নবা য়াদেকো
হিংমিন্নসিকো হিংমিন্নসি॥

# খুয়োল ঙৌবী শোয়বুংদা কোন্নু

লাংলেন থম্বাল মানবী
নুম্না নোংবান য়াইথীং কোম্লুনা
লৈমরোন চম্নুরা চছুমছুমফু লুচিং
লেমলৈ ঙারম তাম্নবা
লোক্তাক লাইজা কুমলকপসিদি
করি ওইবগী মফম্জনো
করি ওইবগী মনীংথিজনো
করিবু হায়না শিংথাসিগবা।

নোংলেন মরাঙ হৌবদা
উরোক পরেং পাইগুম্মী
কাওরেল মচেল্লক্কুগী শনগাই
কোলোই লমজীং শন
লমলেন কম্বোংপুং ওই-ওইনৈ
মুংজেং লময়াই য়োরকলে
মোইরাং শনজেন নাওরিকোন
থম্বা খোংদি লৈতংখোং
কেগে হাওতক্তি তরুখোং
ঙাখা লৈমা কুদমশোয়
মরমনা থাঙনীং লীমামৈ
থাঙলেন লুশঙ শোইয়ানি
থমংখোংগী লমদমদা
চম্নুবা পুম্বা থুংঙরে।
রাপুম অমতং থায়তা

তংথায় অনী থোক
তংথায় অনী মরী থোক
লিয়েন্না তংথায় নামিবী
হুংগেলনা তাইথাঙ লাক্তনা
ক্ষৌরুগী তেনবাই লেপ্তনা
লোইবী চীংগী তময়াদা
মরম লমলেন্দি লমন্নুংশি
থমংখোংগী লমদমনি
কেগে মোইবাং খাঙরোংবগী
পাঙলেন লূচং শোযাদা
'হদেন লোক্তাক খোঙবান্দা
লেমলৈ ঙ'বম তান্নকপা
কয়াদা নীংথিজবিবা।
কেগে লৈমবোন চন্নবা
শুনা তিনবদা লোক্তাক লাইরেম্বীনা
ইনাগী ইমোম ইমানা
য়েংবদা পেল্লেদ' শোনজেদো।

হুন্নুংবা নারল চনদৌবে
তোর্ব্বুং হুংশিং নামিবা
নতাবোক্কী শংগোনবা
লোক্তাক পাংনদা শিংচন্নকলে।
লাইজ কম্বোংগীদি ননানা
লোংমদোন তেমশীংনবা লম
চেকয়া কোনদোনদি পুংদোনলোন
হৃ'দা লৈবাং লৈন্নুংশি

লৈরাং লৈকা কন্না শাৎপী
লাইজা ঈরোয়নবী লৈ
শিঙেল মাবু কনামো
অবাং কৌক্র নোংজুরে
কৈথেল মানবী নোংদারে
ঈরিলনা চবুক য়ৈরকলে
কেগে লোক্তাক ইরেলবুং
লাইজা ঈনোৎ কাবনা
ঈথক ইপোম্নদি চাউবনা
ঈরোম্নুংদা পোমজবী লৈ
হাদা লৈরাং লৈম্নুংশি
লাইজ ঈনোৎ রাংনা কাববু
শিঙেলনদি নোংদম ফবনা
ইপাল লাংনা শাৎপী লৈ
ইম্নুংগী নোংঙাল্লমদাইদদি
মথংলেন মপাউ ঙাইবা লৈ
থাদা তেমচিক্লবা লৈরাংনি
শিঙেল মাগী কোলোয় মমিং
থাজ কোলোয় লৌহ্না
লৈরাং থারিকথা কৌবী লৈ
শিঙেলনা ঙৌনা শাৎপনা
মালংনা মনিল কনবনে
চকপী উচান মনানা
খঙোল মমাঙ থাঙগুম
নিংঙোলদি চন্নুরা পুন্নমক
কোন্নু পোংন্নু মপু মনাইস্নু

শমলাং চোইনা চাইনা খাঙলিদো।
মতম তনজা অসিদা
নূরা মাইথীং কোম্নুনা
মনাই পোংচু য়েংচুনা
চিঙ্গোই মপাঙ মেল্লকই।
নমু অইকং কনা লৈবা
মায়গৈ কোয়না য়েংঙু
হায়রকপা মতম তানজাসিদা
অসোমদদি কমদৌগি
খুয়োল হাওবা লাঈরবা
মপন পাম্থোনা চারম্বা শোয়
খুয়োল ঙৌবী মশোয়রুং
ফুমশঙ থাংপোক শঙলেনয়ায়
তারা থোংগে হায়দনা
লেমলৈ ঙাদি থরগা
কম্বাংগী মতা শোইরদনা
থাম্বী মৈবু থারিবদো
কোরৌ থাংনা মৈখু কারকপা
মনাই পোংম্নুনা ঊরক্লে।
মবেম্মদা ওনশিল্দুনা
মনাই পোংম্নুনা পাউমেনজে
লোক্তাক পাংনা য়েংবিয়ু
মরম লমলেন লমহুংশি
ফারাং লাইফম মকোক্তা
থেংঙা চীংঙী চীংয়াদা
থাম্বী মৈখু অমতংদি খুরিয়্বেঃ

নুরা থম্বাল মানবী কোন্নুনা
অচানবী মকমসি তান্না
ঝাকপৈ হিসি হোনজিনসি
মসিদা শোয়দনা লৈরমগনি।
করি ঝানোদা ইচেমহন
মীনিস্থ থঙদবা লাইনিস্থ থঙদবা॥
পোকচরকপা মুমিংতগী
সোক্তাক কুমজন্ত্রিবী ইচেম্মা
কপম্মা লাইজ ইরেলথকসিদা
নৌরেল মাবু হোনগবা।
কবি ঝানোদা অচানবী
ঐনা হোনগদবা নত্তেদো
পোংন্নু নঙনা হোনগদবনি
চংতবা য়াদে হায়বিবে।
য়াখিদবা মতাং থোকপনা
ঝাকপৈ হিদো হোনজিল্লক্লে
নৌবেল তম্না খপলকলে।
চম্নুবা অনীনা লাকপসে
খুযোল লমজা হাণ্ডবনা
পোইবৈ তান্না য়েংলিয়ে।
ওসি চম্নুবা অনীনা হোল্লকইগসে
ঐ তম্না লাকলিকো
ঙবাং মুমিদাং পাউ চেল্লি
তম্বা অমতা লোক্তাক কুম্বা য়ুগদ।
ঐ লৈ হায়বা থক্তলদনা
অঙন গথৌ মচানা

লমজা ফাগে লাক্লমালেদো
লোৎতবা য়াত্রে হায়দনা
ইমুগী শীংগল মরক্তা
খুয়োল লমজা হাওবনদি
লোৎতুনা লৈথরে মতমসিদা।
চম্বুরা থম্বাল মানবীনা
ব্রাকগৈ হি হোনজিল্লকপা
কয়াদা নীংথিজরিবা
মনাইদি পোংম্নু ইবেম্মা
নৌরৈদি খুৎতা পায়দনা
নৌরেল তোয়নদি খপলকপা
শরেনগী ফুম্বী মরাতাদলম
চম্বুরাদি অনীনা ব্রাকগৈ হোনজিল্লি।
ব্রাকগৈ হিবু থাংজিল্লগা
তাবিববা অচানবী চৎলু
শিদা লৈরিবা খাংপোকশংসে
মীবু শোয়দনা লৈবমগনি।
মনাই অচানবী পোংম্নুনা
মাঙ থাত্নুনা চঙশিল্লকপদা
খাম্বী মৈদি মুৎলমদে
নমুপোং কনা লৈবদি উদে
কম্বোং মতা শোইবদো লৈরম্মী
লেমলৈ ঙা খরগা লৈরম্মী।
পোংম্নুনা ইবেম্মা কনা অমতা লৈতে।
অত্নু ওইরবদি ঐ কৌগেকো
থোরকপরা য়েংসিকো অচানবী।

কৌবিয়ু কৌবিয়ু ইবেম্মা।
ইবেম্মনা কবি হায়না কৌই
মোইবাং মচা কনানো
কেগে ইবুংঙাইবা কনানো
ঙসি কোরৌ মুমিৎ অসিদা
মুজা ওইবী ঐহাক্কী
ফংগেলগী লৌচাও তুংথরে
পৌরাগী লীবু থরা শন্বীয়ু
অরেংকী শেনজা পীজগে।
খুয়োল লমজা হাওবদি
চিঙ্গোই মপাউ খুমখিদরে।
মতম অসিদা য়াইথীং কোয়্না
ফরে অমুক্তা হন্না কৌরগে
খুম্মকপরা য়েংশিকো অচানবী
কেগে মচা কনানো
মোইবাং মচা কনানো
তান্দ্রবদি ফরেকো
তানা তানা খুমত্রবদি
নীংঙোল ইতীক থঙগনি
তম্বা অমতা লোক্তাক কুম্বা যাদে
নিংথৌ য়াথং পাউজেনবা
তম্বা কামজাও হুন্দুনা
মতম অসিদা কেগে লোক্তাক
থোংহুংদা লৈববু কনানো
পৌরাগী লী শম্মু হায়রগা
লোৎলিবা নঙবু কনানো

ঙসি কৌবা কোয়ৌ অসিদা
মুজা ঐনা কৌবা তাদ্রবদি
তানা তানা খুমদ্রবদি
নীংঙোল ইতীক খঙগনিদো।
ইবেম্মনা লাউরকপদি মতমদো
মতাং অসিদা হাওবনা খল্লি
মোইরাং অঙম্বা মচা ওইবা তায়
ঐনা লোৎতুনা লৈবসি
মহাক্না ৼংনবা থিগদৌহ্নি
খন্না খন্না লৈরিঙৈ অসিদা
কোন্নুনা অমুকন্থ হন্না লাউরকই।
চেংলৌ শক্তি উজদে
খোইয়ুমগুম্না শকলোৎপা নঙবু
কেগে ইবুং ওইরবস্মু
মোইরাং ইপুবাবু ওইরবস্মু
মুজা পাঙ্গল শোনবীনা
হন্না হন্না পাউহংজববু
চিঙ্গোই নপাউ শেংলক্ত্রবদি
নীংঙোলবু হাৎপা শকপীহৌয়ো
পাখং থম্মোয়স্মু কনমল্লি
শাগল তেক্লবী পোম্বীগুম
নূরা লাইবক থীবিদি
থম্মোয় কিশি কিন্থুনা
মুংশি কিশি খোকঙমদ
মোংবা ইগ্লানয়ায় য়ৌজগ্রগে।
য়োমগ্রবা খয়োমনি পুনগ্রবা লৈপুলনি

চীংঙ্গুবা মাগী নোংদমখোল্লি।
খুয়োল লমজা হাওবদো
পায়মা পিবুকন্নুংদা থোকে খল্লক্লে।
চরৈ ফিনা মোৎপনা
শানৌ মাঙদা থোক্কদবসে
ইকায়ক্লেদো খুয়োল লমজা।
খুয়োল ইকায় নুংশি য়াম্লনা
ইমুগী শীংগল মরক্তগী
কায়দা কায়দা থোরকপদো
চরৈ ফিদা মোৎচবনি
মৈরু ফিনা খুমগুম্মী
চোইদনা ঙৌবা চেঙগুম্বা
শৃদনা পানবা ফিগুম্বা
নিংথৌ বাংবা শমজিনগুম্বা
ময়েক নাইবা হাওবনি
চীংঙ্গুনা শেম্বা চারনি
নুরাগী মাঙদ লেপ্লরে।
পাখংগী চেংলৌ উবদা
নুবা থম্বাল মানবীনা
হাওবগী চেংলৌ য়েংজবা
তেৎনৌ য়োৎকী পাংথকনি।
পাখং খুয়োল হাওবনা
নুবা চেংলৌ য়েংজবা
থৌজু নুংগী পাংথকনি।
নুরা থম্বাল মানবীনা
মনাই পোংম্নু য়েংজুনা

ফজখয়েদা কনাগী মচা ওইরিগবা।
মনাই পোংস্থ অচানবীনা
অসিগুম্বা চেংলৌ শক্তমসে
কেগে লৈবাক্তবু উত্রিদা
মোইরাং লৈবাক্তবু লৈতেদা।
মপু মনাই নাম্নচীক্না
চিবোন যারী শানৈদো।
খোইযুম মাগী নোংদমনিনা
হাওবা কোগ্ন মিংকা মিংকা
মিংচানা য়েংনরকপদা
পায়মা যুংদা খোয়জংনৈ
তিল্লাং যুংদা খোয়দানৈ।
হা পোংস্থ ইবেম্মা তাবরা
ওসিগীদি কোরৌ যুমিংতা
লিরেন তংখায় লানশিল্লু
শজাই খুৎতা লানশিল্লু
মতুদস্থ নত্তনা পাথংগী
পলেমগী কোলোয়স্থ হংবিয়ু
পম্বৌগী কোলোয়স্থ হংবিয়ু
মরক অসিদা হায়জরক্লে
নুরা য়াইথীং কোস্থনা।
মতাং অসিদা খুয়োল
লমজা হাওবনা চপ লেপ্লগা
যা অমতা হায়দবদি য়াদবনিনা
নীংঙোল চম্পুরা অনীনা
লাঙ্গৈরবা ঐবু কৌখোকপীবরু

কপ্নি মরম্মগী শুইরবনো
হায়রকপা মতম অঙ্গুদা
পোংস্থনা অতৈগী নংচঙে
ঙসি ঐখোয়না কৌজবসে
অতৈ কপ্নিগী নত্তেদো
পৌরাগী লিরেন তংখল্লে
খল্লা পুনবিয়ু হায়ত্থুনা
লিরেন তংখায় লানশিল্লে ।
পাখং খুয়োল হাওবনা
লিবেন তংখায় পায়দনা
মায়খোঙ লৈদা লুপ্লদনা
হংগেল লীবু পুনজেয়ে ।
মতা অসিদা মনাই পোংস্থনা
পোইরৈ তাম্না লৈবিরম্বা
ঙসি কোয়ো মুম্বিংতা
খুয়োল ঙৌবী মশোয়বুংদা
লৈবিরম্বা ইবুং নহাকপু
পলেম কোলোয় তাকপীয়ু
পম্মৌ কোলোয় হায়বিযু
মনাই পোংস্থনা হংজরক্লে ।
তাবিয়ুদা চম্নুরা ইবেম্মশিং
লাঈরবা লমজা ঐহাক্তি
পলেম চেংলো শক খঙহোদে
পম্মৌ মশক উজহোদে
ইচেম ইনেম্মা তাকপীরকপদি
ঐবু পোকপী পলেমদি

ঙাম্নুশেম চম্নু শমফবী
পলেম কোলোয় মম্মিংনি হায় ।
ঐবু পোকপা পম্বোদি
খুয়োল খুম্বোরেম্বা কৌই ।
পাখং কোলোয় ইমিংনা
খুয়োল হাওবা লাঙ্গৈরবা
কোলোয় ইমিং কৌজৈয়ে
কেগে লমজা মচানি
মোইরাং শাবা মচানি
পলেম পম্বো মশক খঙজহৌদে ।
লমজা ৰাহৈ তাবদা
নূরা ইবেম্মা কোম্নুদো
পাযমা ছুংদা খোয়দাজৈ ।
ইকায় শেঙ্গোয় হাওবনা
পাখংদদি হায়জবা ঙমদবনা
মনাই পোংম্নু য়েংহনা হায়জৈ
হা পোংম্নু অচানবী
উরাংমৈ নহা খ্বাংনৌবা
পলেম কাযনা মৈচাক্লা
কেগে লোক্তাক খোঙনুংদা
কারাংগী লাইফম মকোক
লোইবী চীংদি চীংদোমপোক
অঙ্গীং লীক্লা খাওবরা
থম্বাল কনাগী ৰাখলনা
কম্বোংগী মতা চাবনো
অৰাবা কোঙ্গায় খাওবনো

অচানবী নঙবু হংঙ্নে।
করিনোদা ইবুংঙো তম্বা মান্দেদা
উরাংমৈ নহা খ্বাংনৌবা
খরদম্থু খুম্মুবা হায়না
হাওবদা মনাই পোংম্নুনা লঙনৈ।
পাঙ্গল লাম্না রাংবনা
নোংমদোন কৈরাক থাদনা
হেকওমদবা শিঙেল লৈগুম্বী
লাঙ্গৈর অদোন তাম্লবা
পলেম পম্বো অনীনা
শাবম্না মতা ফবদা
লমজাউ য়েঙ্লিং থাবগুম
থম্বীরম্বা লমজা মচানি
থম্বালদি কনা খঙজবা
লমজা ইতীক লৈজদে।
ঙসাইমথৈ তুমিম্না লৈ
হায়দোরকপা রাহৈ রাতাদি
মরিংগী তেন্দি নায়াংপী
থৌনাই তেন্দি হুপুবা
য়ারো শাদি মথোঙ মরি
পানবদা থাগদবা তেন্দো
নূজা থম্মোয় লকা পুন্না
পাল্লিকো, পোংম্নু নঙবু চান্নবী।

খোইমুগী মপাউ নত্তনা
তেনগী হুবু কোল্লরোই
মনাই পোংম্নুনা লঙনরগা।

মনাই পোংম্নুনা লঙনবগা
লাংলেন কোম্নুনা পেনজেদো।
মরম লমলেন্দি লমম্নুংশি
লমলেন তোর্ব্বুং লমজাউদা
লম্মৈ খাম্বী মৈচাকপা
তাঙ্গোই বাংনা পাইরিসিবু
কনানা খাবা লম্মৈনো
হায়য়ুনে পোংম্নু নঙবু অচানবী।
তোর্ব্বুংদা চাকপা খাম্বী নত্তে
মরম লমলেন লমন্নুংশি
খুয়োল ঙৌবী মশোয়বুং
ফুমশঙ থাংপোক শঙনুংদা
নুংশি খাম্বী মৈহৌবনে।
থম্বাল মানবী ইবেম্মা
হন্দকী খাম্বী মৈ অসিদি
কেগে মচা কনানা
মোইরাং মচা কনানা
অতোপ্পা কনানা অমনা, মুৎপা ঙম্বা
খাম্বী মৈবু নত্তেদো।
খাম্বী মপুতনা মুৎকদবনে
নোকনা নোকনা পাউথুমজে
মনাই পোংহু অচানবী।
খুয়োল ঙৌবী মশোয়বুংদা
কোরৌ হুমিং অহুদা
শাবী শানৌ অনীনা
পলেম ঙম্বা শকশিকো

(১০৬)

পন্থৌ ওবা তেমশিংনশিকো
ইবুখৌ থাংজীংনা কুবিসমুকো
খুয়োল হাওবা নমজাগা
নুরা য়াইথীং কোমুগা
হুংশি বাশক পন্দোন লোমথিয়ে।

# হে থবায় মঙামক

ইন্নুং নোংঙাল তন্নকলে
নোংঙাল্লমদাই শঙ্গীক্লা
নোংমাইজিং চীংদোল লোম্লক্লে
চীঙ্ মাগী মথুম্নাখা
তাইবং থবায় নিম্নসে।
চীংঙ্ বাংবা শোম্নারেন
তাইবং থবায় পীবিয়ু।
তাইবং নঙগী থবায়দি
নুম্নাবী শানৌ তরেৎকা
য়াংথম লোইদি মাপলগা
হম্নাও খেল্লা চংখরে।
ইমা লৈমরেন শিদবী
তাইবং থবায় কৌজরি
হে থবায় মঙামক
মিগা থানা তরুকমক
থবায় নঙবু কোল্লগে
হো হোরিহো কোল্লগে।

পলেম য়াবা তাবদা
খানা চাউবা বাংমরেম্মা
তাইবং থবায় মিয়েন্দো
হাকৈগে হিদা হাপ্নীরে
লাই নুম্নাবী অরেৎকা
য়াংথমলোইদি মাপলগা

অৱাং পাংনদা হোল্লক্লে
হে হোৱিহো হোল্লক্লে।

মুংশি চীংমুংহুংতগী
ঈশা মাপল শমতুনা
খোংলম তবেং লাল্লক্লে
ছিয়াংথাংদা থাংখিয়ে
শাইয়োল হৈবী ইমানা
পলেম য়াথং পীরক্লে
লাই নুবাবী তরেংবা
য়াংখমলোইদি মাপলগা
ৱাকগৈ হিবু হোনখরো
মথা পাংনা কুমখয়ো
থানা চাউবা ৱাংমবেনগী
খোগল মতম শোযখনি
হো হোবিহো হোনখরে
হো হোৱিয়ো হোনখবে।

হে থৱায় মঙামক
মিশা থানা তক্লকমক
পম্বো থৱাই খোঙান্দা
থৱায় নঙবু কোল্লগে
সনা শোনজু মোৱাম্বা
মোৱাম্বগী লৈকমনে
থৱায় ঐনা ৱানীদে।

পম্বো গুমাং মথোবুং
থৱায় নঙবু কোল্লগে

অশানবগী লৈফমনে
থবায় ঐনা য়ানীংদে।

ইচুম তাফমদা কোল্লগে
ঈরম তরেৎকী লাম্নফমনি
থবায় ঐনা য়ানীংদে।

থোঙজিল কাদা কোল্লগে
থোঙারেলগী লৈফমনে
থবায় ঐনা য়ানীংদে।

লপলেন কাদা কোল্লগে
পলেম মাগী লৈফমনে
থবায় ঐনা য়ানীংদে।

কাংখা কাদা কোল্লগে
য়াঙ্গোই তোংবগী কানে
থবায় ঐনা য়ানীংদে।

শনথোঙ কাদা কোল্লগে
লাইনিংথৌগী লৈফমনে
থবায় ঐনা য়ানীংদে।

উহৌ উরেপ মথোঙদা কোল্লগে
পাখংবগী তুথুপ কানিদো
থবায় ঐনা য়ানীংদে।

পঙ্খৌ থোঙগাংদা কোল্লগে
য়াবা শুজা নমগনি
তেকতা লাইকোই থুংগনি

থবায় ঐনা য়ানীংদে।
ফুঙ্গা য়াইবুংদা কোল্লগে
থাম্বী মৈশা কিজৈয়ে
হো হোরিহো কিজৈয়ে।

হে থবায় মঙামক
মিগা থানা ভরুকমক
থবায় হামচৎনফদে
মিরেন হামকোইনফদে।
পম্বৌনা শেম্বা য়ুমফমনি
খোঙলেন মাপল শুবনে
তাইবং থম্মোয় লৈকোলনি
সনাগী থম্বাল শাৎপনে
সনাগী কাগোক হাংবিগে
লুপাগী শোজৈ শৎপীগে
হো হোরিহো শৎপীগে।

থবায় নঙবু কোন কোন
রি রি রো রো কোল্লগে
থবায় ঐনা খোয়জংঙে
মিরেন ঐনা খোয়দারে
লুপাগী শোজৈ লোল্লগে
তাহে হোই হোই
হৈ হয়া হয়ুম॥

